# ইমুংগী শাম্নৌ

অইবা

সলাম নদিয়াচান্দ সিংহ

[ মমল—২

# ৱাহৌদোক

লাইব্রিক মচা অসি Central Govt. কী Book Competition দা য়াওনব হাইদুনা ইজখিবনি। পাও অদু খুয়োনন ফংব মরম্ম শিন্দোক খোত্তোকপদ লাইব্রিক অসিগী দোষ য়াম্ম লৈরে। মী খরদ শিন্দোকহনবদ বনাম্মচিংবদ অশোইব খর য়াওরে। মতম্ম তেনমনখিবন অমুক হন্ম চুমথোকপগী মতম লৈখিদ্রে।

অদুগ তশেংবদি লাইব্রিক অসি neo-literate শিংগীদমক্ত য়াম্ম কান্নরব লাইব্রিক্লি। ঐন ইব লোইরগ কনাগুম্ব neo-literate অমদ পাদুন তাহনবদ "য়াম্ম ফজখ্রে—মরু ওইন মীতৈরোন্দ অসিগুম্ব লাইব্রিক ৱাংপশিন মীতৈ লাইব্রিক থোইন হৈজদবশিংন য়াম্ম হুম্বুন লৈরিবনি" হাই। মসি য়াম্ম থুন নম্মু হাইব মীম্মু য়াম্ম য়াওই। অদুবু ঐন Book competition অসিদ মণিপুরগী ওইন represent তৌনব হাইদুন লাইব্রিক অসি থাগৎচখিবনি; জগোই নত্তন মণিপুর হাইবশি করিনো থংনিংঙাই করিস্মু লৈতে। অদুন field খুদিংমক্ত ময়ামগী মরক খর খর য়ানব অসি চাউখত্রব লৈবাক অসিন য়াম্ম পামজৈ। মরম অসিদগী লাইব্রিক মচা অসিম থাগৎচরিবনি।

নন্দিয়া সিংহ।

# হীরম লায়মায়

# ইমুংগী শরৌ



## থাইনগী লোনচৎ

থাইন মমাংঙৈদদি মীওইবনা য়াম্ন লাইন শিংব য়ারম্মী। লৈকুদ, লৈরাইদ অফং অফংবা চাত্তুন লৈনরম্মী। শাগী মতৌগুম্ন পাল্লম্মী। চাক য়েঙ্খাং থোংত্তুন চারমদে। লৌউবগী থবক হৈরমদে, লাইরিক তম্বা চৎনরমদে। ইমুং মন্নুং ফাওব নিংথিন লিংত্তুন লৈরমদে। উমংদ কোইঃৎ চত্তুন নোংজু মুংশাদ ঙাকথোক্নব মতেং করিগু য়াওদন লৈরমই। মৈ মশক খঙনরমদে। লম্বী থোং শেম্মমদে। অমগ অমগ তুহৎনত্তুন লৈরম্মী। মুপীগী মশক উবদ মুপাশিংন খুনু খরংন লমখুনু তুহৎপগুম হেক্ত তামত্তুন ফারম্মী। শম্ন হাইরবদ শাগী পুন্সিগ মতম অত্নগী মপোক্ক করিম্ন খেন্নরমদে।

'লৈতবন লৈরকপগী মমানি'। মীওইবগী পুন্সিদ শিজিন্ননিংব পোৎ অসি নোংম নোংমগী অম্নম অম্নম হেক্তিল্লকএ। মহাক্ক নিংথমথাদ অইংব কোক্নব হোৎনব তাই। কালেন্থাদ অশাব থাঙনব হোৎনব তাই। নোংজুথাদ নোং-চোত্তনব হোৎনব তাই। অরাম্ব কোক্নব চিঙ্গাক মরাং কাইন ফংনব ( হোৎনব ) শিনব তাই। লম্নকী শা। কৈগী খুদোংথিবদগী কন্নব হোৎনব তাই।

হায়রিব হিরমশিং অসিন মরম ওইতুন মীওইবন অহানবদ মৈ পুথোক্লে। মহ পুথোকপগী মরমদি মুন্ন নৈনত্রবস্থ মুংগ য়োংক তক্লরগ মৈ হৌই হায়ব অরাইব লোল অসিদগী খঙবা ঙমগনি। মতম চান চিঞ্জাক ফংনব লৌ উব তাই। নত্রবদি শা কৈগী মতৌগুম্ন নোংম শল অম হাৎলগ থা অম চরা হেন্দুন লৈব তাই। নোংজু মুংশা খাঙব য়ানব য়ুম শাব তাই। থবক ইনখাঙ নোম্নব খুৎলায় শাব তাই। অইংব ঙাথোক্লব ফি শাব তন্ব তাই। অস্নুম তৌগ্নন মহাক্কী পুন্সিদ ইমুং লিংখি। অমস্নং ইমুংগী শরৌ শিনব তাখি।

অহুবু মতম অহুদদি মী য়াম্মমদে। লম য়াম্ন লৈরম্মী। লমস্থ য়াম্ন লৈহাও চেল্লম্মী। হিংবগী পাম্বৈ অসি য়াম্ন লাইন ফংঙম্মী। মী অমন চহি অমগী মম্নুংদ মতম খজিক্কুং নোম্মগ অয়াম্ব মতমদি মুংঙাইথোক্লুন লেনব য়ারম্মী। ফজব নত্রগ অথিবগী নোক্লনিঙাই নত্রগা থাগৎনিঙাই থোইন লৈরমদে। পোৎচৈ লৈব য়োনবগী মওংস্থ পোৎক পোৎক হেক্ত শিন্নরম্মী। হৌজিক্কী মতমগুম্ন অপাম অপাম্ব পোৎ লৈব ফংঙমদে। কৈথেন্দ থেন্দুন য়োম্নরমদে। মতম অহুস্থ অমরোমদ খল্লগ মুঙাইব, অমরোমদ খল্লুরগ পংমুং মুঙাইব মতম নৎলমদে। মখোয়গী থবক ইংখাংদ খুজিন থৌরাং থোইন চংঙমদে।

অহুদগী মীওইব কমদৌরে? অকনবন অশোনববু তুহৎপ, অশিংবন অপঙববু লাকথুব য়াদনব হায়তুন লৈবাক নিংথৌ লিংব হৌখ্রে। মীওইবগী মরুপ লিংখ্রে, খুল শেমখ্রে। লৈবাক ঙাক্লব

কোমুং শেমখ্রে। শাগী পুন্সিদগী য়াম্ন চাওখৎলকএ, ঐগী মীগী নাইব হৌনরক্লে। শা, শল ফাহ্নুনা শিজিন্নরে। মখুৎন লৈবাক য়ানব তোক্কুন শলন, শগোলন শিনখ্রে। পৈশা চৎনব হৌরকএ। পোৎ চৈ লৈথোক লৈশিন অসি য়াম্ন লাইথোরকএ। পোৎক পোৎক শিন্নরিঙৈ মতমদদি শল অমগ হৈজ্রাং অমগ করম্ন শিন্নগনি? য়াম্ন অরুব হিরম অম ওইন থোকঅম্মী। পৈশা চৎনরক্লব অসিদদি শলগী মমল অদু পৈশা ওইন পাইশিল্লগ লৈনিংব পোৎ তোঙান তোঙান্ন লৈব য়ারে। লম্বী থোং ফগৎলে। মীন পুরম্ব পোৎ অদু শলন, শগোলন পুহল্লে। মফম অমদগী মফম অমদা পুবদ পংলু-লুন থোরক্রে। শম্ন হায়রবদ মীওইব অসি য়াম্ন মুংঙাইরে।

অদুবু মীওইবগী অপাম্বন লোইব নাইদে। মীওইবগী অল্লাব কোকপ লৈতে। সমাজ লিংহুন মাইকৈ খুদিংগী অল্লাৎপ মেল্লকঅব অসিদ অল্লাব মখল অম অমুক থোরক্লে। লৈবাক ঙাকপ কাংবু অম, ঙাক্তব কাংবু অম। শেল পাইব কাংবু অম, পাইদব কাংবু অম। লৈবাক ঙাকপ কাংবুন ঙাক্তবশিংবু ওৎপ নৈব; শেল পায়ব কাংবুন পায়দবশিংবু ওৎপ নৈব অসি অমুক থোরকএ। মী অমগ মী অমগ খেন্নব অসি য়াম্ন হেল্লকলে। খরন মৌনাই ওইরে; খরন মপু ওইরে। খরন দপান্দ লৈরে; খরন লম্বীদ্র লৈরে। য়াম্ন খেন্নখরে। নোংদোলগ লৈখাগ খেন্নবদু মঙাইরে।

মতম অসিদ অশোনব মথৈ অমুক তিন্নহুন অকনবগ লাম্বা তৌব য়ানব অমুক হোৎনরকএ। লৈবাক ঙাকপগী থবক অসি মীয়াম্ন পাইনব হোৎনরকএ। মদুগীদমক অচৌব লাঙ্গাও কয়া

থোকখ্রে। ইহান হানবদ ইংলণ্ডগী নিংথৌগী মখুত্তগী লৈবাক ঙাকপগী থবক অসি মুন্দুন মীয়াম্ন পায়খ্রে। মথংদ ফ্রান্স, রাশিয়া, আমেরিকাদ লাঙ্গাও অসি মথং মথং থোকখ্রে। নোংচুপলোমদ হায়রিব ফিভম অসি তাখ্রব মতুংদ নোংপোক্লোমদস্থ কন্ন পাইথৎ-নরকএ। চিনা, জপান, ইণ্ডিয়াদ মীয়ামগী শাসন লিংখ্রে।

মতুন লোইরব্র? নত্তে। লল্লোল ইতিকী লাঙ্গাও অমস্থ অমুক থোরকএ। মী য়ামশিল্লকপ, পোংথোক ব্লাংশিল্লকপ অসিন মরম ওইদুন তাইবংগী মীয়াম অসি চাব ফংদবদগী অব্লাবা মখল অমস্থ অমুক পোক্লকএ। কোক্লব অমদি মীওইবন ব্লান নোম্ব অসি তোক্লব হায়দুন ইঞ্জিন পুথোরকএ। ষ্টিভেনসন্ন মৈশান চৎপ য়াব ইঞ্জিন অম ইহান হান্ন পুথোকএ। অদুদগী ফি শানব, লম্বীদ চেন্নব, ঈশিংদ চেন্নব, নোংদোলদ পাইনব খুৎলায় কয়া কয়া পুথোক্লরকএ। মমাংঙৈদ থা অমদ চৎলম্ব লম্বী অদু হৌজিক্তি শুমিৎ হুম্নিদ চৎপ ঙম্মে। মী চামন নোংমদ শুব ঙম্ব থবক অদু ইঞ্জিন অমন পুং অমদ শুব ঙম্মে। পোংচৈ মরাং কাইন, হোংন ফংঙে। য়াম্ন মুঙাইরে।

অদুম্নদি ওইরগ মী চাম্ম চাম্মন থবক ফংদদুন, চানিঙাই লৈতদুন লম্বীদ ঙাওচৎনব, শিব কয়া অমস্থ থোরকএ। হায়রিব মীওইবগী মতম মতমগী অব্লাবশিং অসিবু কোক্লব হায়দুন অনৌ অনৌব খুজিল থৌরাং কয়া কয়া পাইথৎনরকএ। লৈবাক ঙাকপগী মওং অসি তোঙান তোঙান্ন শেমদোক্লরকএ। মীয়াম্ন ঙাকপ ময়ামগী ওইন ঙাকপ, অসিনচিংবা।

শেল থুমগী মরমদস্থ মখল মখলগী থৌরাং তৌথৎলক্লে।

মী খরতগী মখুত্ত শেল অসি তুংশিন্দুন লৈতনব, লাইর ইনাকখুনব চপ মান্নন তেন্নব থবক কয়া পাংথোরকএ। পৈশা তুংশিনব, পৈশা শিজিন্নব, পৈশা তানবগী মরমশিং অসি য়ারিবমখৈ য়াম্ন অরাইব মওংদ পুথোক্নব শরৌ শিল্লে। পুন্সিগী মাইকৈ খুদিংমক্ত য়েংবদ থোরাং, শরৌ য়াওদন থবক তৌনরক্লে। হিংবগী ফিভম অসি মুভাইরবস্থ হান্নদগী লুব য়াম্ন তেঞ্জিল্লকএ। নোম্বনি হায়ত্রনস্থ শিংন নোমত্রবদি য়াদ্রে। মপান নাইত্রব হোৎনবগী মথা য়াম্ন পোনখ্রে। থবক অম তৌব তারবদি মতুগী শরৌ হাম্ন শিলহৌদবা য়াদ্রে।

ঐখোয়ন খন্নরিব হিরম অসি মপুং ফাননব পৈশা তানবগী মরম খরদ অমুক্তং কাবক কাবক নৈনশি! ঐখোয়ন উরে মতুদি— পুন্সিগী মন্নংদ হিদান্নবগুম ক্রক ক্রক য়েংনরিব। মসিদ অপং অশিং, মরাইবক ফব ফত্তব কয়া অমস্থ খাইরি। অপংব নত্রগ মরাইবক থিব মীশিংন নোংম নোংমগী লৈখা তারকই। অশিংব নত্রগ মরাইবক ফব মীশিংন অফবগী মথক্ত অফব ওইরকই। অরাইব লোন্দ হায়ব তারবদ তাইবং পানব অসি অমগ অমগ ক্রক ক্রক য়েংনবগী ফিভমদ লৈখ্রে।

খর অমন লানগী মরমদ অনৌ-অনৌব খুৎলায় পুথোক্লন অতোপ্প জাতীবু নমথনব হোৎনরি। পৃথীগী লাঞ্জাওদ কয়াদ অওকপ খুৎলাই শিজিন্নখ্রব? মতম অমদ শগোল তোংব লাম্মী-শিংবু কিনরম্বনি। মতু হৌজিক্তি থোশানরক্লে। লানবস শাত্নন লান থেংনব অরেম্ব ওইরকএ। মুংশিৎ ফাতুন শিজিন্নরকএ। খুৎলাই অমন মী কয়াবু মাংহনব ওম্বগী শক্তি লৈরকএ। নোংমদোলদ

উচেক্কী মতৌগুম পাইদুনা মীওইবগী মাঙনব অমদি ফনব থবক কয়া তৌরিব।

লাইরিক তম্বগী মরমদ খল্লদুনা অমুক য়েংশি—মতম অমদ লাইরিক হৈত্রবসু লৈবাক্কী অচৌব ফম ওইব য়ানরম্মী। লাইরিক তম্ব হায়বসি ময়ামগী থবক ওইরমদে। হৌজিক্তি মীপূম খুদিংমক লাইরিক তমদব য়ারক্রে। লাইরিক হৈতব মীদি মীওইনা থানরক্রে। থাইনগী অমদি হৌজিক্কী অরিব অমদি অনৌব ৱাখল কয়ান মীওইবগী পুন্সি অসি মপুং ফারব মতম্নি। "হৌজিক্কী মতমদ লাইরিক হৈতব মী হায়রবদি মপুং ফাদব, চাওখত্তব মী হায়বনি।"

অদুগ মহৈগী থাংদসু কয়া চাওখৎলব? লাপ্পব থা তরুক্কী লম্বী অদু মুমিং হুম্নিদ চৎপ ঙম্লক্লে। তাইবংগী চিদাই অমদ তৌব থবক, ঙাংব ৱা অতোপ্প চিদাইদ উব ফংঙক্লে, তাব ফংঙক্লে। অকনব তমথিব লাইনা কয়া ঙাকথোক্লবগী পান্থে লৈরকলে। পোৎচৈ পুথোক পুশিন্দ কয়াদ খুদোং চারব! মতম খরগী মনুংদদি থবক অয়াম্ব খুৎনা অমত্ত তৌব উনরক অরোই।

মাইকৈ অমরোমদন অনৌব থা শাদুনা থাগৎনরকএ। নোংমগী মনুংদ মহৌশাগী থা নত্তব অতোপ্প থা কয়াসু মতম খরগী মনুংদদি উব ফংলক্লগনি। শিথরকপ অমদি পানখৎলকপ নাইদন ইঙান্দ ঙান্দুনা লৈরকঅগনি। মদুনসু পেল্লক্রদুনা পৃথ্বীশি মী য়াম্মন্দূনা লৈব চল্লক্রে অতোপ্প গ্রহদসু খুন্দাসি হায়দুনা থানচিংব লৈবাক্ত চৎপ ঙম্নব পান্থে কয়াসু পুথোক্লরকই। মতম খরগী মনুংদদি শোইদন ওইরক্কদৌরিব ৱানি।

করি অমুক হায়গনি? অসিব মী হিংগৎহন্নব, অনৌব মী শাব ঙমনব ব্রাখল চাওব কয়ান হোৎনরকই। মসিদ ঐখোয়ন ওক্তুন অস্নুম লৈথোক্কদ্রে? নত্রগ মখোয়গী লৌশিং অদু ফংনব হোৎনগদ্রে? লৌ উবদ খুৎন য়াল্লস্ব তোক্তুন শন্ন খোইব হৌখ্রে। অদুদগী হৌজিক্তি ইঙ্গিন্ন খোইদুন মীগী অৱাব অদু অমুকস্নু কোকহল্লি। পুন্সিগী মাইওল খুদিংদ থাইন অমসুং হৌজিক্কী খেন্নব অসি কয়াদ ময়েক লান উব ফংঙিব! মীওইবন শাগী থাক্ত লৈরম্ব অদুদগী হৌজিক্তি লাইগী থাক য়ৌরক্লবনি। মসি করিননো? মীওইবগী ব্রাখল খন্নব পাঙ্গল অসিননি। ব্রাখলগী পাঙ্গল অসি অস্নুক্কী মতিক কনখ্রে। মদুদি মী অমন চাওরব পৃথ্বী অসি নোংমদি কোকথোং নাদুন পুরগদৌরি। মসি ফাওবদি ঐখোয়ন খংঙে। অদুগ হৌজিক পৈশাগী মরমদ খজিক্তং নৈনদুন য়েংশি।

পৈশা হায়বশি মীওইবগী লৌশিংন শেমখিবনি। মসিন পোৎ অমগ অতোপ্প পোৎ অমগ শিন্নবগী অরাইব পান্বে ওইহল্লে। মীওইবন শেমখিবস্নু মরম অদুগীনি। মরক অসিদ পৈশা হায়বশিন খুৎকন পাঙ্গনব, মতিক মথৌনা লৈব পোৎশক অম ওইখিবনি হৌজিক্তি মহাক্ল মীওইব পুমনমক্কী নিংথৌ ওইরকএ। পৈশাগীদমক মী কয়ান মীনাই ওইনরি, মী কয়ান মথ্বাই মাঙনরি।

তশেংনা খল্লুরবদি মদু পৈশাগীরা? নত্তে। পৈশাগী নত্তে। পুন্সিগী চংদব য়াত্রব পোৎচং ময়াম অসিগীদমক্তনি। মুপা অমন চ'নবস্ত লৈরব, শেৎনবস্নু লৈরব—অদুগ মান পান্ব পোৎশক পুন্নমক লোইন ফংঙব অদু ওইরবদি মহাক পৈশাবু কান্নখিগদ্রে? ঐখোয়ন

পৈশা তাল্লি। মরমদি পৈশা অতু শিজিন্ননব। করি মরমদ শিজিন্নৈ? মান মান অপাম্ব মওংদ! কনান য়ু থকপদ, কনান জ্বার শান্নবদ—মতুংগীদমক ওইরবদি পৈশা অসি তান্ত্রবসু য়ারে। মতু তৌত্রগ শিগদৌবমক্তি নত্তবনিন থোইন মরু ওইদে। অতুগ চাদব হায়বশি শিগদৌরিবনি। মখোয় অসিদি তৌদব য়াত্রব পোৎশক ঙাক্তনি। অতুনদি ঐখোয়ন তাল্লিব পৈশা অসি শেৎপ চাব নিংব থুংনবগীদমক্তনি।

তশেংবদি পৈশান শেৎপ চাব য়াব নত্তে। তশেংনমক খল্লুরবদি পৈশাদি মীওইবগী পুন্সিদ স্নকান কান্নদে অতুন্নদি ওইরগ মী অমন মাগী চংগদৌরিব পোৎশক পূমনমক লোইন থোকহনবদি ওইথোকপ নত্তে। কনান শেৎনব পুথোকই, কনান চানব পুথোকই। হাইরিব পোৎশক অনি অসিমক ওন্নবগী চাং অসি অরেপপ লৈতে: মান মান পাম্বগী মতুং ইল্লি। অসিগুম্ব ওন্নবগী অরেপ্প চাং অম পুথোকপ ঙম্নব হায়তুন পৈশা অসি পুথোকখিবনি। অতুগুম্ব চাং অতুবু মমল হায়ন কৌই।

অতুগ অমুকস্তু পোৎক পোৎক ওন্নব তারবদি অমন অমগী পোৎ অতু পাম্ব মী অনি চংঙি। ঐন ফি পাম্মী। ঐন চেং পুথোকপ তারে, মান ফি পুথোকপ তারে। অতুগ ওন্নগদবনি। হায়রিবশি কয়াদ লুখ্রব রানে? ঐন ফিদি পাম্ব, চেংদি পুথোক্লিঙাই লৈত্রবদি ঐ ফি ফংঙোইদৌরি। অতুগুমতুন অমতুন অমুক চেংদি পাম্ব, ফিদি পুথোকনিঙাই লৈত্রবদি মহাক চেং ফংঙোইদৌরি। কয়াদ লুখ্রব রাফমনো? ঐদি ফি পাম্মী, চেং লৈ হায়তুন চেংপাম্ব

ফি লৈব মী অম অমুক কোইথি থিগদৌরিবনি। মসিগী থবক অসি অরাইব নত্তে। অদুন ঐখোয়ন পৈশাগী মতেংন পোৎচৈ ওন্নবগী থবক অ.স লাইথোকহল্লি।

করম্ন অদুদি? হৌজিক্কী মতম অসিদদি মরক্কী মী খর অমুক লৈরে। মখোয়ন চেংসু ফিসু পৈশিন্দুন থমজিল্লি। ফি য়োনগে লাকপ মীদগী ফি লৌশিল্লি। অদুগ শেন্দোং খর লৌরগ চেং রানগে লাকপ মীদ চেং তাইথোকই। ফি লৈগে লাকপ মীদ ফি য়োন্থোকই। অসুম তৌদুন লৈব য়োনবগী থবক অসি য়াম্ন লাইহল্লি।

মসিদ অরুব হিরম অমন পৈশা অসি কনাগুম্ব খরন পুল্লপ পৈশিন্দুন থমজিল্লি। অদুগ হায়রিব পোৎচৈশিং অসিসু পৈশিন্দুন থমজিল্লি। অদুগ মখোয়গী মনিং তৌন তাংহন্নিংঙে তাংহনব, হোংহন্নিংঙে হোংহনব। অসুম্ন পোৎকী মমল অসি মখোয়গী পুক্নিংগী মখা পোনখ্রে। নাকল অমদ পুল্লপ পৈশিন্দুন লৈখ্রবনিন নাকল অমদদি য়াম্ন কুথব হায়বসি মশান তাবনি। অসুম্ন সমাজগী মনুংদ লাইরব অমদি ইনাক খুনব, শেঞ্জাও পায়ব অমদি থবক শুব, পৈশা অমদি থবক হায়ব কাংলুপ অনি অমমুক থোরক্লে। হায়রিবশিংগী মনুংদ অহানবগী কাংবু অসিন পংফদ ফখ্রবনি। অদুগ অকোনবগী কাংবু অসিন শুকফৎ ফৎখিদ্রবনি।

অদুন হৌজিক্কী মতমগী মীওইবন পাম্মিবদি করিনো হায়ববু লাইর ইনাক খুনব চপ মান্নব! অমন অমবু তুহত্তব অসিনি। মসিদি করম তৌরগ ওইব য়াগনি? লাইরব ময়াম অসি পুন্সিনব

তা'রে। অদুগ পুন্ন থবক নোম্মিন্নদুন মশাগী অরাৎপ অদু মশান পুথোকপ তাবে। অদু ওইরবদি মীওইবন পৈশাগী মীনাই ওইব অসি তোকপ য়াগনি। শেঞ্জাও পায়বশিংগী মখা পোন্দব য়াগনি।

হায়রিব রাখল অসি ইংলণ্ডগী রোবার্ত ও-য়েল হায়ব মুপা অদুন পুথোকখিবনি। মান পাম্মী—অমগ অমগ ক্রক ক্রক য়েংনব অসি তোক্কুন ময়াম্ন অপুনব মওংদ থবক তৌব। অদুগ সমাজগী মন্নুদ য়াম্ন খেন্নবব কাংলুপ অনি থোক্লিব অসি মুখৎনব হোৎনব, লাইরবশিংগী ফিভম যগৎনব হোৎনব। হায়রিব মহাক অসি লাইরব মী অম নত্তে। অচৌব কারখানাগী মপু অমনি। মহাক্ন মহাক্কী কারখানাদ থবক শুবিব মুপী, অঙাং, লাইরবশিংগী ফিভম অসি য়েংব ঙম্মদে। অদুদগী মহাক্ন অঙাংশিংগী থবক শুব মতম হন্থহল্লমী। অমসুং থবক শুব কাংবুগী ফিভম ফগৎনব হোৎনরম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্তি যাম্ন ফিদম্নফম ওইব মুপা অমনি। মসিগী রাখল পুন্নমক অদু থবক্ত ওন্থোকপদি য়াম্ন লুন থোকঅম্মী

অদুদগী ইংলণ্ডদ লৈব বোবদেল হায়ব লমদুদগী লাইবব, চাকথুং ফিথু ত্রব মখোয় কুন্নিপাললন হায়বিব রাখল অসি থবক্ত ওন্থোকঅম্মী। লল্লোল ইংকী অনৌব রাখল পোক্লরকঅব মতুদ লম অসিদ লৈব শামতুগী থবক শুবশিংগী ফিভম অসুক্কী মতিক ফংলমদে। করি অমুক হায়গনি—শেৎপ চাব ফাওব মতিক চান ফংঙমদে। মখোইন লং খর খর অমসুং পৈশা খর খর থাইনরগ ডুকান মচা অম হাংলম্মী মতম অদুগী মাশিংন মখোয়ন তৌরিব মতৌ অদু

উবদ য়াম্ন থিন নোক্লরম্মী। মখোয়গী ইমুং মন্নুংগী মী ফাওব ডুকান অত্নদগী পোৎচৈ লৈব চৎপ ইকাইনরম্মী।

হায়রিব কাংবু অসি য়াম্ন ৱাখল লৈব মী ডাক্তনি। মত্নগীসু মথক্ত মখোয়গী মন্নুং অদুদ খরন থবক শুবনি। খরন রাজনিতি য়াওবনি। খরন ৱাখল থনব কাংবুনি। মরম অদুন মখোয়গী মরুপ অত্ন অস্থুক মরা চেৎন লিংখৎখি। মদুদি হৌজিক্কী মতম অসিদ ফাওব পৃথ্বীগী মফম খুদিংমক্ত মখোয়গী মতৌ তমদুন কো-ওপরেটিভ হায়ডুন অনৌব ৱাখল অম পুথোক্লরিব অমস্থুং মসিদ মী কয়ান পুন্ন থবক নোম্নরকইব অসিনি।

মখোয়গী চৎনবীদি অস্থুম্ন শেম্মী। পোৎচৈ য়োনবদ পৈশাগ খুৎশিন্নডুন য়োনগনি। শেন্দোং য়েন্নব মতমদ মান মান শুব থবক্কী মতুং ইন্ন য়েন্নগনি। মত্নদ য়াওরিব মীশিংগী থবক পিনব হোৎনগনি। য়ুম লৈতবশিংগী লৈফম শিনগনি। মান মান পুথোকপ শেলগী মতু ইন্ন পৈশা খবস্থু য়েন্থোক্কনি। ময়ামগী কান্নব তৌনব শেন্দোংগী শরুক খরস্থু খাক্কনি থবক শুব মীশিংগী পৈশা মতিক চান পিগনি।

হায়রিব থৌরম অসি চহি চাম্মগী মন্নুংদ তাইবং ফাওন শন্দোকখ্রে। মফম মফম খুদিংদ মখোয়গী মতৌ তমদুন লৌউ-শিংউব চাওখৎনব, লল্লোল ইতিক চাউখৎনব হায়ডুন কো-ওপরেটিভ লিংনখরে। মসিদি ইনাক খুনবগী থবক নত্তে। লাইরবশিংগী, অশোনবশিংগী মপাঙ্গল লৈননব থৌরাংনি।

মীওইবগী খ্বাইদগী তমজ্ঞনগ ম ওইব অমস্থুং অতৈ শাদগী

তোংঙ'ল্লকপদি অমন অমগী মতেং পাংনব তায়বশিনি। মসি নৎশমন্ত্রবদি মীওইববু শাগী ফিভম ইকাই কাইদন অঙম অঙম তুহৎনত্রন শাগী ফিভমদ অত্রম লৈরমগদবনি। মশান মশাগী মতেং পাংজব মশান মশাগী কনব হোৎনব হায়বশি মমল নাইদ্রব পাওতাক্নি। অসিগুম্ব অচৌব থবক পাংথোরকপ অসিদ করি পোৎচং চংগনি? ইহান হানন্দ পুকচেল শেংব, অনিশুবদ মশাগী ওইজব থাদোকপ। মদুগ লোইনন থবক হৈব, লৌশিং শিংব অসিসু চংব তাই। লৌশিং হায়ব অসিদি তাল্লগ ফংডি। পুকচেল শেংব হায়বসিদি তান্দুন ফংব পোৎশক নত্তে। মশা মশান শেমজগদব থবক্নি। লৌশিং শিংবনি, য়াম্ন চলাক লৈরবনি হায়দুন মীগী মাঙনব তৌরুরবদি মঙোন্দগী হেন্ন শিংব, মাবু ঙম্ব মী অমন মাবু জেলদ থমখিব য়াই। অদুগ পুকচেল শেংব মীদি কৈদৌঙৈদগ্নু অন্নাব তারোই।

মথংদ ঐখোয়ন জর্মণগী মরমদ খজিক্কং খন্নত্তন য়েংশি। মতম অমদ জর্মণ অসি য়াম্ন অরাবগী ফিভমদ লৈরম্মী। চাক তাংবন মী কয়া কয়ান চরা হেন্দুন শিনরম্মী। জর্মণ প্রজাগী অরাব অসি উবদ খাংব ঙম্মক্রুদুন রাইফিশান হায়ব রেম্ভররালগী মেওর অমন জর্মণগী লর ই থরাইগী ফিভম অসি ফগৎনব হায়দুন কো-ওপারেটিভ লিংখৎপ হৌখি। মহাক্কী থৌরাংদি শেল পুথোকপগী থৌরাংনি। লৌমীশিংগী অপুনব মরুপ অম লিংঙে। মদুগী শেল খর খোমগৎলে। অদুগ লাইরব লৌমীশিংদ মরু মরাং লৈনব, লৌউব ঙম্নব শেল পুথোকএ। মদু অত্তেনব মতমগীনি। লৌ লোকঅব মতমদ

লৌমীশিংন মান মান পুরুব শেল অদু অমুক শিংনব হোৎনব তাই। অস্তুম তৌদুন মান লৌমীশিংগী শেল থমফম লিংখৎপিখি।

মহাক্ন হৌদোক্লিব মরুপ অদু অহানবদদি পৈশা খাইনরমদে। মমৈথংদদি পৈশা খর খর পুথোক্লখি। মরুপশিং অদু লম লমগী ওইন তৌই। অমাঙব অদু অরৈ অরৈব পুথোক্লদুন শিংবগী মওংনি। হায়রিব মরুপ অসিন জর্মণগী লাইরব লৌমীশিংদ অনৌব আশা অম পীদুন মশান মশাবু শেমজব ওমখি। অদুগুমদুন সহরগী থবক মচা তৌবশিংগী পৈশা মতেং পাংনব হায়দুন সল্টজ দিলিটস হায়ব মুপা অদুন সহরগী পৈশা পুনফম লিংখৎখি। মদুন লল্লোন ইতিকী থবক্তি তৌজনিংব, পৈশাদি লৈজদব কাংবু কয়াবু পৈশা পিদুন য়াম্ন চাওখৎখি। অদুগ থবক মচা মচা তৌবগী পৈশা চিনব অদুস্তু কোক্লব হোৎনখি। হায়রিব জর্মণ মুপা অনি অসিবু পৃথ্বীগী মফম খুদিংমক্ত মমিং তাদব য়াওদ্রবনি। মখোয়ন হৌদোক্লস্ব থবকশিংশি মতৌ নিংথিন তমদুন অমস্তুং ফগৎনব হোৎনদুন ঐখোয়গী মাঙলব, লৈখা তারব সমাজ অসি থাঙ্গৎনব হোৎনব মতম য়ৌরবনি।

ইটালিদস্তু ডাক্তর টল্লেস্বার্গ অমস্তুং লজ্জার্ট তৎমিন জর্মণ্ড রাইফিশান অমস্তুং সল্টজ দিলিটস অনিন তৌরম্ব থবকশিং অদুগুম্ন ইটালিগী লাইরব কোক্লব হোৎনবিখি।

হৌজিক্কী কো-ওপরেটিভ হায়বসি মফম খুদিংদ তৌনরকঅবনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদস্তু ইহান হানবদ মাদ্রাজ কো-ওপরেটিভ লিংখি। মতম অমদ হায়রিব লম অসিদ অচৌব চাক তাংব অম থোকখি। মদুদ মী লিশিং লিশিংন চানিংঙাই লৈতংন ভৌদুন

শিখি। অতুগুম্ব লাইরবশিংগী ফিভম ফত্তবশিং অসি কোরুব হায়তুন সরকারন সার কেদরিক নিকোলসন হায়ব মুপা অতুবু ইউরোপ্ত কো-ওপরেটিভকী থবক অসি তম্নব হাযতুন থারুই। মহাক্ লাক্লগ পিরব রিপোর্ট মতুং ইন্ন ইণ্ডিয়াদস্মু ইহান হানব ওইন মাদ্রাজদ কো-ওপরেটিভ অসি জর্মণগী নমুনা লৌতুন লিংখিবনি।

হায়রিব পোৎশক অসি মমিং চহি য়াঙ্খৈদগী হেন্নকএ। অতুবু হৌজিক ফাওব মশক্তি মুন্ন খণ্ডনদবগুম তৌই। অতুন মখাদ ঐখোয়ন পোৎশক অসিগী মরিদ খজিক্কং নৈনশি। মাদ্রাজদ লিংখিব অতুগী মতৌ তমতুন ইণ্ডিয়াগী মফম মফম খুদিংদস্মু কো-ওপরেটিভ অসি লিংব হৌনখ্রে। হৌজিক্কী মতম অসিদদি ভারত পুম্ব শিনব থুংখ্রে। ঐখোয়ন ঙসি উরিব কো-ওপরেটিভ হায়বসি করিনো, মসিন করি কান্নব হায়বতু খন্নতুন অমুক্ত য়েংশি। কয়াদ খেন্নরব? মীওইবনা অহানবদ লৈরম্ব ফিভমগী, হৌজিক ওইরিব ফিভম অসিগ! মফি শেৎলমদব, মশম কক্লমদব অতুন তাইবংগী মপু ওইতুন, মুঙাইব য়ুমদ লৈতুন, শা শলবু শিজিন্নব! ফিজেৎ চাকচাদ অহাওবদ, অফবত খন্দুন শেৎলিব চারিব!

## "কো-ওপরেটিভ"

কো-ওপরেটিভ হায়বদি অরাইব লোন্দ পুন্ন থবক তৌমিন্নব হায়বনি। মীওইব হায়বসিদি কাংবু নাইব জীবনি। থাইন মমাংঙৈদগী হোন য়াম্ন অকোম্ব মওংদ পুন্ন থবক তৌমিন্নব হায়বসি মীওইবগী মরক্ত চৎনরকই। ইহান হানবদ মীওইবন ইমুং লিংতুন মপা মমা অমত্তন পোকপ মচা মশুশিং অতু পুন্ন লৈমিন্নব, পুন্ন

নোম্মিন্নব হৌই। অদুদগী য়ুম অম অনি পুন্দুন লৈকাই শেমখি। মথংদ লৈকাই অদুন চাউথোরকঅগ খুঙ্গং ওনখি। অসুন্ন করিগুম্ব থবক অম তৌবদ খুলং চৎনব হায়দুন অমন অমগী মতেং পাংঙম্মী। মসি অরাইব মওংগী পুন্ন থবক তৌমিন্নবনি।

অদুগ হৌজিক্কী মতমদদি লাইরব মশেল অসি তৎন থানদনব মওংদ চেৎন পুনশিন্নদ্রবদি হিংব ঙম্মোইদৌরে। অদুন করিগুম্ব আইন খরগী মখাদ মী ময়াম অসি পুন্ন থন্নব হোৎনরকঅবনি। মৈতৈগী ব্রাহৈদ অপিকপ ককচেং ময়াম্ন চাউরব তিন্থ্রাক পুই হায়ব, অমসুং তরাগী চৈশুন লেংথোং ফাই হায়ব অদু থবক ওইন ওন্থ কুন য়েংবগী ব্রাতান মাগী মাগী মরন্নাই নোমদুন অমগ অমগ য়েংথিনব, পুকচেন তিন্নদব অসি তোক্কুন ময়ামগী ব্রাখন্দ অমত্ত ওইন নোম্মীন্নববু পুন্ন থবক তৌমিন্নব কৌই। মসিদ চংঙকঅবদি মশা মশাগী কান্নব অদু খর মখৈদি থাদোকপ তারে।

অদুগ অমরোমদসু মসিন য়াম্ন হেঞ্জিংমনখিদুন মীগী মশাগী তৌফম থোকপ অদুবু মুল্লুরগী ব্রাখলসু থোইন লৈতে। মশা মশাগী ওইজব অদু মশা মশাগী ওইন কাইদন অদুম লৈজগনি। ময়ামগী তৌরকপ মতমদ মশাগী ওইন খল্লোই হায়বগী ব্রাতনি। অদুগ য়ারবদি করিগুম্ব মতমদ ময়ামগী মিংদ পোৎচৈ থমগনি। হায়বদি কাংবু অদুগী ওইন পোৎ ফাওব থমগনি। অদুগ মদু শিজিন্ননিংব মীদ চপ চাব চাংদ শেন্দোইনচিংব খর লৌরগ পিথোক্কনি।

মসি লিংবগী মওংদি করিনো? মদুদ য়াওরিব মীশিং অদুবু অমগ অমগ মতেং পাংনদুন অমন তৌব ঙমদব থবক কয়া পুন্ন

পাংথোকমিন্নহুন মীশিংগী শেল থুমগী ফিভম ফগৎনব হোৎনগনি। অসিগুম্ব অপুনব পাঙ্গল অসি নত্রবদি ভারতকী লাইৱব লৌমী ময়াম অসি পৃথ্বীগী চাউখৎপ জাতীগী ফিভম পুখৎপ ঙম্মোইদৌরে।

ঐন করিগুম্ব থবক অম তৌনিংঙি। মহু পৈশা ৱাৎপন অম্দি পাঙ্গল শোনবন ইতোমত তৌবদি ঙমদ্রে। অদুগ ঐখোয় মঙা অম, তরা অম পুনশিল্লগদি-ইরাই লাইন থোকই। লুপা মঙা মঙাদ খায়নবদ মী চাম্মন খায়নরবদি লুপা চাম্মঙ তারি। লশ্বী অম থোনবদ লম অমমমত থোন্নবদ মী চাম্মন থোল্লবদি লম চাম্মনি।

পুন্ন থবক তৌমিন্নব হায়বসি হৌজিক্কী মতমদদি করিগুম্ব অকক্কব আইন অমগী মখাদ য়াম্ন চেকশিন্ন চৎনরকএ। মসিগী নিয়ম খর লৈ। মহুদি শেল তুংশিনব—শেল অসি য়াম্ন তাল্লবসু তুংবু তুংশিন্দ্রবদি করিস্তু কান্নদে। সুপা অমন থাদ লুপা লিশিং অম তাল্লি। অদুগ থাদ চাদিং লুপা লিশিং অমগ চাম্ম তৌই। অহু ওইরবদি মহাক পৈশা তুংশিন্দ্রে। য়াম্ন ফংজরবসু মহাক পৈশাদি ৱাৎপ তারে। অদুগ সুপা অমন থাদ লুপা য়াংখৈ ফংঙি। মাগী চাদিংদি ঙম্বমখৈ ককথক্তুন লুপা নিফুদ মতৌই। থাদ লুপা তরা তরা লেম্মে। অহু ওইরবদি মহাক মীগী পৈশা পুখদ্রে। অহুন পুন্ন থবক তৌমিন্নব হায়বসিদ পৈশা লিকশিনব হায়বসিম য়াম্ন থৌগৎলি।

অনি শুবদ মসি য়াম্ন মীচং মীখাই নাইদব থবক অমনি। ঐদি পৈশা য়াম্ন পুথোকপ ঙম্ব মুপানি হায়হুন খুদোংচাব অহু মাতন ফংগনি হায়ব লৈতে। পৈশা য়াম্ন পুথোকপ মীস্তু য়াম্ন পুথোক্তব মীস্তু মাগী মাগী খোঞ্জেন্দি চপ মান্নগনি। মথক্ত হায়খ্রিব

অদুগুম্ন শেন্দোং য়েন্নব মতমদস্থু পৈশাগী মথা ঙাক্ত পোল্লোই। মান মান তৌব থবক্কী মখা পোনগনি। মসিদ জাতী বিজাতী খায়ব য়াদে। হিন্দু, পাঙ্গল, ময়াং লোইন য়াওব য়াই। অদুগ অমরোমদস্থু রাজনিতিগী রাখন্দ ঐদি য়াই, নংদি য়ারোই হায়ব করিস্থু লৈরোই। মখল খুদিংগী মীশক য়াওব য়াগনি। মসিদ কনান কনাবু য়াওদব য়াদে হায়বগী রাখলস্থু লৈতে। মশা মশান অপাম অপাম্ব মীন চোংশিল্লকুন য়াওজগদবনি। পুকচেল শেংলব, অমদি মহাক্কী রাখন্দ ময়াম্থু মাঙহন্নবগী রাখল করিস্থু লৈত্রবদি মহাকপু অথিংব লৈতন হেক্ত য়াওহনগনি। মসিদ চংঙকপ মীশিং অদু য়ারিবমথৈ মশান চোংথোক্কুন থবক নোমগদবনি। পৈশাগী রাখন্দ ঙাক তৌরোইদবনি। "তশেংবদি মসিদি শেন্দোং তানবগী থবক নত্তে। সেবা তৌবগী রাখলন লমজিংগদবনি।" অদুগ থবক শিনব লাংব মতমদস্থু পৈশান তৌগদব নত্তে। মীন তৌগদবনি। পৈশা লৈজদ্রবস্থু ঐখোয় মঙা অম তরা অম চোংথোক্কুন থবক অসি তৌব য়াই। অহানবদ পৈশা খর পুন্ন পুমিন্নগনি। মতুন থবক তৌরগ মমৈথংদ পুরুব পৈশা অদু মথোই পিতুন শিংবিখিগনি। অতুন মসিদি পৈশা য়াওদ্রব ফাওবদ তৌব য়াব থবক্কি। অদুগ তৌমিন্নরিব মীশিং অদুদি অয়াম্ব মতমদ নক্রব, শক মুন্ন খঙনব ঙাক্ত ওইব তাই।

খুদম ওইন অহানবদ ঐখোয়ন অম উৎলশি। ঐখোয় মী কুন চোংথোক্কে। লুপা তরা তরা পুথোক্করে। লৌউবগী থবক তৌগদৌরিবনি। ঐখোয়গী লৌদি লৈজদে। অদুদি পুন্না শানমিন্নব তারে। অদুগা ঐখোয়গী মরক্তগী অরৈব য়াওরগস্থু লৌশাল পিতুন

শিজিন্নব তারে। ঐখোয়ন পুন্ন লৌ পরি নিফু শানব ফংঙে। মহু ঐখোয় ময়াম অমুক য়েম্থোক্লব য়াই। অহুম তৌরবদি মী অমন লৌ পরি অনি অনি উনব তারে। লোইনমক্ল ফৌ মণ লিশিং অনি থোক্লে। পুন্নমক্ল ফৌ মণ চাম্মঙাদি লৌশাল ওইন পিথোকখ্রে। লেমহৌরিব অহুগী মণ চনি অমন ময়ামগী ওইন থম্মে। মণ চহুম অমন খুজু খুৎলাই লৈনব ওইন কাইথোকখ্রে। মণ লিশিং অহুন ঐখোয় কুন্দ চপ মান্নন য়েন্নব তারে।

অহু নত্রে হায়রগ ঐখোয় ময়াম পুন্ন শুমিন্নব তারে। মহুদি নোংমদ মী অমন কয়াম শুব হায়বহু য়েংঙগ অথোকপ অহু য়েন্নব তারে। মী অমন চহি অমদ লুপা চনিগী থবক শুরে অমন চাম্মগী শুরে। অহু ওইরবদি শেন্দোং য়েন্নব মতমদ অমন চাম্ম ফংব তারবদি অমন য়াংখৈদ ফংব তারে। অস্তুম্ন তৌরকপ অসিন ঐখোয়ন তুংশিল্লিব পৈশা অহুন য়াম্মকঅব মতমদ ময়ামগী ওইন লম লৈব তারে। খুজু খুৎলাই লৈব তারে। মমৈথংদদি লৌ শান্দন উব য়ারকঅগনি। অস্তুম তৌহুন হিরম খুদি মক্ত — লৌ উবদ, মল্লোল ইতিক্ত, সঙ্গোমগী থবক্ত, ঙা ফাবদ, ফি শাবদ পুন্ন থবক তৌমিন্নব লোইন য়ারগনি। মথংদ ঐখোয়ন হৌজিক চৎনরিব পৈশা তানবগী মওং অতৈস্তু খজিক্তুং নৈনহুন য়েংশি।

## শেঞ্জাও পায়বগী থবক।

শেঞ্জাও পায়বগী থবক্তি পৈশান শিনবনি। মীন শিনব নত্তে। মহুদ সরকারন থোইন খুৎ থিংজিন্নদে। মসিদি শেন্দোংদগী য়েংহুন তৌব থবক্তি। মীগী করিস্তু যেংব নত্তে। অহুন পৈশা পায়ব থরন মী

পূম্নমক অসি মীনাইগী মতৌগুম্ন শিজিন্নৈ। পৈশা য়াম্ন পুথোকপ মীন কান্নব য়াম্ন ফংডি। থবক তৌমিন্নরিব মশেল অতু পৈশাবু পুথোকপ ঙম্নবদি অমগ অমগ মশক খঙনদব য়াই। মীওইবগী সেবাগী রাথল অসি মখোয়দ করিস্সু লৈতে।

মখোয়ন পোৎচৈ য়াম্ন পৈশিল্লি। খুজু খুৎলাই য়াম্ন থমজিল্লি। মী ময়াম থবক শুহল্লি। মীশিংগী অস্তুমল মতিক চান পিদে। মরম অসিন লাইরব, থবক শুবশিংন ফিভম অস্তুম অস্তুম ফৎচিল্লক্কে। শেঞ্জাও পাইবন শেনগাও চোনব অস্তুম অস্তুম হেঞ্জিল্লকই। পোৎচৈ য়োনব অমস্তুং লৈশিনব মতমদ শেন্দোংগীদ খনব মরম্ন ময়ামগী শিজিন্ননব পোৎশিং অসি তাংব হেঞ্জিল্লকই।

লৈবাক অত্নদ লৈরিব মীশিং অত্নন পৈশাদি রাৎপনিন পোৎ লৈশিন্নবগী পাঙ্গল রাৎশিল্লকই। শেঙ্গুব, চাদবদি য়াদবনিন য়াম্ন অরাবগী মশক অম ওইশিল্লকই। পোৎ থোক্লব মচাকশিংদি মী খরতগী মখুত্ত খুশি রাশি ওইন লৈখ্রবনিন শিজিন্নরিব ময়াম অত্নন মনিং তৌন শিজিন্নব ঙমদে। মতম লৈব খিবিক্ত মমল হেঞ্জিন্ন লৌই। অত্নগীম্ন মথক্ত শিজিন্নরিবশিংগী খুদোংচাব য়েংত্নন পোৎ পুথোকপিদে। পুথোক্লিব মখোয়গী খুদোং চাবদ ময়েংঙি। মরম অসিদগী শিজিন্নরিব ময়াম অসিন পোৎ অশেংব অমত্ত ফংব ঙমদে। থাওদ অতোপ্প পোৎ য়ানশিল্লি। য়ামদ অম য়ানশিল্লি। মখোয়গীদি শেন্দোং য়াম্ন ফংঙগ লোইরে। মীগী করিস্সু য়েংঙুব লৈতে। অত্নন পুম্ন থবক তৌবগী মওংদদি হায়রিব ফত্তবশিংশি কোকহনব ঙম্মি। পোৎকী মমল চপ চান লৌই। শিজিন্নবশিংগী অপাম্ব

মতুং ইন্ন পোৎ পুথোকই। মী খরতগী মখুত্ত লৈবাক্কী পৈশা তুংশিন্দুন লৈতে। য়েনব মতমদ চাং মান্নন ফংহনব ঙম্মি। কনান কনাবু মাঙহনবগী রাখল লৈনদে। অতুন শেঞ্জাও পাইবগী মখুত্তগী কন্নব হায়তুন লাইরব মীয়ান্ন পুন্ন থবক তৌমিন্নব হায়বসি হৌদোক্লিবনি।

## খ্বাইগী ওইব।

অতুগ হায়রিব মওংশিং অসি নত্তব খ্বাইগী ওইব হায়ব অমসু লৈরি। মতুদি মথক্ত হায়রিব অনি অসিদগী অমুক তোংঙাল্লি। খ্বাইগী ওইব হায়ব:শদদি পোৎ পুথোকপগী পান্বৈ পূন্নমক অসি খ্বাইগী ওইন লৈ। অমত্তগী ওইব হায়বসি ওইব সুকয়া য়াদে। সরকারন মতুগী অফ ফত্ত পূন্নমক য়েংশিনগদবনি। মীয়ামসু থবক পিনব হোৎনগদবনি। মী অমন পৈশা য়ান্ন ফংবসু য়াদে। য়ামদন ফংবসু য়াদে। মশাগী শিজিন্নব পোত্তি মরন্নাই ওইন থম্ব য়াই। নত্রবদি খ্বাইগী ওইগদবনি।

খ্বাইগী ওইব হায়বশিদ মী অমমমবু মী ওইন লৌদে। খ্বাইগী য়েংতুন মশা মশ গী কান্নব অতু পুমথা থাদোকপ তাই। "মখোয়ন খল্লি—চ্চৈৎন লাইনি। লাইন শিনব পূন্নমক মীন য়াগদবনি।" ছায়রিব সরকার অসিন য়াম্ন অরাংব ফিভমদ লৈখিবন মীশিংগী তোংঙান-তোঙানব মরা তাব য়াদে। মখোয়ন তৌরকপ থবক্ত ফৈ ফত্তে হাইরুব য়াদ্রে। ফরবসু ফরে, ফত্রবসু ফরে, হায়ন লৌগদবনি। অমুম তৌতুন খ্বাইগী ওইব হায়বসিদসু মশা মশাগী পামজব, মুঙাইব পূন্নমক থাদোক্তুন সরকারগী শাইরোং মরু ওইন লৈব তাই।

ইহান হানবদ সরকার লৈরে। অতুদগী মীশিং অসিগী শরুক

থুঙক্কদবনি। পৈশাগী মরমদদি য়াম্ন ফজৈ হায়ববু মীওইবগী মনিং মখা তম্ব ককথৎপ অসিদি পংফ ফব থবক নত্তে। ঙাংনিংব ঙাংব য়াদব, তৌনিংব তৌব য়াদব—করিগুম্ব য়াথং অমগী মখা পোন্দুন লৈব অসি মীওইবন কয়া পামফম থোক্কে।

পুন্ন থবক তৌবগী মরমদদি হায়রিব হেঞ্জিনব মওং অসি লৈতে। ঙাংনিংব ঙাংব য়াই, তৌনিংব তৌব য়াই। মতুদ য়াওব নত্রগ য়াওদবগী অকরুব আইন করিস্নু লৈতে। করিগুম্ব য়াথং অমগী মখা পোন্ন তৌগদব থবক নত্তে। •মশান অপাম্ব অতু ফোংদোক্নুন ময়াম্বু মান অপাম্ব মাইকৈদ চিংনবগী আশা লৈ। অতুন শেঙ্গাও পায়বগী থবক্ত পোৎচৌশিং অসি মী খরতগী মখুত্ত পৈশিন্দুন লিশিং লিশিংন চাব ফংঙক্তব—অতুগ থবক শিজিন্নব মীগ, থবক তৌব মীগ খৎনব অতু লৈতে। অতুগ অমরোমদস্নু খ্বাইগী ওইব মওংদ পূম্নমক অসি অশিনব অমন শিল্লগ লোইরে হায়দুন মীয়াম অসিন ইঞ্জিলগুম্ন লৈব অসিস্নু পুন্ন থবক তৌমিন্নবগী মওংদ য়াওদে। মসিদি পূম্নমক্কী ময়াই ওইব লম্বীনি। অমমমদ হিংবদ ব্লারব তাইবং আসদ মঙা তরা পুনশিল্লগ পাঙ্গল থোক্কনি হায়দুন পুন্ন থবক তৌমিন্নবগী মওং অসি পুথোক্করকইবনি।

মসিদ কনাস্নু নমতুন য়াওদব য়াদে হায়দুন য়াওহনবগী ব্লাখল লৈতে। অতুগ য়াওনিংবন য়াওব, য়াওনিংদবন তোকপ। করিগুম্ব য়াওব তারবদি অমাঙ অতোংগী দায় পুম্নমক মহাকস্নু শরুক ফংগদবনি। মহাকস্নু থবক অদগী মপু ওইব য়াঙরবনি। অদুন মহাক্ল কনাগী য়াথং মখাদ থবক তৌররোইদবনি।

# ইমুংগী থৌরাং।

ঐখোয়না খন্নহন্নবা অমুক্ত য়েংশি। তাইবংগী খোংচৎ অসি কয়াদ হোংখ্রব। মীওইবন অহানবদ লৈকুদ লৈরাইদ লৈরম্ব অদুদগী নোম নোংমগী হোংঙক্লন হৌজিক্তি তাইবং পূন্নমক্কী মপু ওইখ্রে। মসি মীওইবগী চাওখৎপগী খুদম্নি। অদুগ হৌজিক লৈরিব ফিভম অসিদি হোংদব য়ারদ্র? পেল্লব্র? চখোক চৎশিন্দ খোঙন চৎলম্বদগী নুংশিত্ত পাইব ঙম্মক্লে। চাওরব পৃথ্বী অসি মুমিৎ হুমনিদ কোইব ঙম্মক্লে। মাইকৈ খুদিংদ য়েংঙূবদ ম্নঙাইবগী মশক ঙাক্ত ঙাইরে। অরাপ্পদ লৈব মী অনি মশক উন্নহুন ৱারী শাব ঙম্মে। শম্ম হায়রবদ ম্নুংঙাইরে, চাউখৎলে। অদুবু মীওইবগী অপাম্বন অমুক লোইব নাইদে। চীংদোল অম লাল্লগ চীদোল অমসু লান্নিংঙি। অপাম্ব অসিন লোইব নাইদবন মীওইবগী অহোংব অসিম্ন লোইব নাইদ্রি।

পৃথ্বীদ লৈরিব মী পুন্নমক অসি চপ মান্নন ম্নঙাইমিন্নরব্র? নত্তে। খরন চাব ফংদ্রি, খরন শেৎপ ফংদ্রি। খর অমন লৌশিং মতিক চান তাদ্রি। মীশিংদি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই। পোখোক্তি চহি খুদিংগী ৱাংখরকই। মীশিং য়ামখৎলকপনিন অয়াম্ব লমসু ম্নম তাশিনখ্রে। লৌউনব লম পিকহৌরে। অদুগীসু মথক্ত লমশিং অত্থ মতম কুইন লৌ উনরকঅবনিন লৈচাও ৱাংলকই। অত্থ ওইরবদি মীওইব অসি নোংমদি চাদহুন শিরদ্র? পৃথ্বীগী মফম কয়াদ তোইন তোইন চাক তাংবগী পাও অম তারিব! মসিন মরম ওইদুন পৃথ্বীদ শান্তি পুরকপ

ঙমদ্রিবনি। অসি পূন্নমক অসি করম তৌরগ কোকহনগনি হায়ব অসি মীওইবগী অনৌব রাখলনি, অনৌব অহোংবনি। তাইবংগী অফাওব কয়ান চাক নত্ত্রবদি মীওইবন হিংব ঙম্ব চিঞ্জাক অম লৈত্রব্র হায়ন খল্লিব! মিটিন কয়া ফমদুন ফিভম অসি ফগৎনব হোৎনরিব! লৈবাক কয়াদ চাক তাংব মতমদ চানব হায়দুন অচৌব কৈ কয়া শাদুন চিঞ্জাক কয়া কয়া পৈশিনখ্রিব! ইটালিনচিংবদ অনৌ অনৌব চিঞ্জাক কয়া পুথোক্লব হোৎনরিব।

মরম পূন্নমক অসিগী খল্লুবদ হৌজিক্কী মতম অসিদদি খুজিল থৌরাং অম ইয়াও য়াওদব য়াদ্রবনি। মমাংঙৈগী মতমদ করিগুম্ব থক অম তৌবদ থোইন খুজিল থৌরাং চংঙমদে। লম্বী শেম্ব তারে, হেক্ত শেম্মম্মী। থোং শাব তারে, হেক্ত শারম্মী। হৌজিক্তি মদু য়াব নত্রে। লম্বী অম শেম্ব তাবদ মতম কয়া চংব, মীন কয়া চংব, পৈশান কয়া চংব হায়বদু হান্ন খনব তাই। অদুগীম্ম মথক্ত লম্বী অদু শেম্মগ করি মাঙব, করি তোংব হায়বনচিংব পুন্নমক অসি মুন্ন খন্দব ইয়া য়াদ্রবনি।

অদুন হৌজিক্কী মতম অসিদদি খুজিল থৌরাং হায়বশিম ইচং চংঙবনি। লৈবাক ঙাকপদ, পৈশা তানবদ, রাজনীতিদ—শম্ন হায়রবদ মরম খুদিংমক্ত থৌরাং অসি য়াওদব ইয়া য়'দ্রে। অদুন হৌজিক মাইকৈ পূন্নমক্ত থৌরাং থৌরাং হায়দুন নিল্লিব অসিনি। রাশিয়'দ চহি মঙাগী থৌরাং কয়া পাংথোকখ্রে। চিনাদ, ইণ্ডিয়াদসু চহি মঙাগী থৌরাংনি হায়দুন মীশিংগী ফিভম ফগৎনব, লম্বা থোং ফগৎনব, পৈশাগী ফিভম ফগৎনব, লাইরিক তমহন্নব, লৌউ শিংউবগী

চাথোক হেন্নব হায়ত্তুন তৌরিব অসিনি। মসি কনাগী থৌরাংনো ? ঐখোয়গী থৌরাংনি। অদুনদি মসি পাংথোক্নব ঐখোয় খুদিংমক্ক কন্ন হোৎনব তাই। চহি মঙাগী থৌরাং অসিন মহৈ য়াল্লগ ঐখোয়গী অফব ওইগদৌরিবনি।

অদুগী মন্নুংদ কৈ:রাই লৈকাই খুঙ্গংগী চাওখৎনব অমুকস্তু হোৎনব তাই। মতুদস্তু হায়রিব থৌরাং অসি চংঙি। অদুদগী ইমুং মন্নুংগী, ইশাগী থৌরাং লোইন চংঙবনি। লৈকাইগী ওইন মিটিনশং থম্ব, ময়াম লাইরিক পাফম শেম্ব, লাইরিক তমফম লিংব, লম্মী থোং ফনব হোৎনব, থবক লৈনব শিনব পূন্নমক অসি খুঙ্গং লৈকাইগী থৌরাংনি। অদুগুমদুন মাগী মাগী ইমুং মন্নুংগীস্তু থৌরাং তৌগদবনি।

অস্তুম তৌদুন করিগুম্ব থৌরাং অমগী মথাদ থবক তৌদ্রবদি মতম খরগী মন্নুংদ শোইদন লৈখা তারগদবনি। শেৎপ, চাব, তুম্ব, কোইব, চৎপ, থবক তৌব পূন্নমক অসি থৌরাং অমগী মতুংইন্ন, অনিংব অমগী মথা পোন্ন চৎকদবনি। ইমুং অমগী থৌরাং তৌব হায়বসি থোইন পংলু লুব থবক নত্তে। অদুগ তশেংন অস্তুম তৌগদবনি হায়দুন তাকপদি লুই। মরমদি ইমুং অমদন মী খজিক্ক মরৈ, অতোপ্প অমদন য়াম্ন লৈ। ইমুং অমন পৈশা য়াম্ন ফংঙি। অতোপ্প অমন পৈশা খজিক্ক ফংঙি। থৌরাং তৌব হায়বসিদি লৈরিব মীশিং, ফংঙিব পৈশা অদুগী মতুং ইন্না তৌগদবনি।

অদুগ ইমুংগী থৌরাং তৌব হায়বসি অমরোমদ হায়রগ ইমুং অদু করম্ব ফিভমদ থমগদগে, করম্ন শেমগৎশিগে হায়বগী ফিভেপ

মতুং ইন্না তৌগদবনি। লাইরব কয়ান ইনাক খুল্লক্তে হাইবগী ব্রা লৈতে। অদুগ ইনাক খুনব কয়ান নংথরক্তে হাইবগী ব্রাস্থু লৈতে। মন্থু করিদগী থোক্লিবনো ? মাগী মাগী থৌরাংগী মতুং ইন্না থোরক-ইবনি। করিগুম্ব থৌরাং অমগী মখাদ নিংথিন চৎলবদি লাইরবশিংস্থু ইনাক খুল্লকনি। অদুগ ইনাক খুনবশিংস্থু থোইন পংতা তাথরকওই।

(i) ইংগন হানবদ ঐখোইন খন্নরশি ইমুং অদুদ মী কয়া চাব—অঙাংন কয়ানো, অহন্ন কয়ানো ? থবক তৌব ঙম্বন কনা কনা, ঙমদবন কনা কনা ? মুপীন কয়া লৈব, মুপান কয়া লৈব—অদুগী মন্নুংদ মুপী লুহোংখিগদব য়াওরিব্র ?

(ii) অনিশুবদ ইমুং অদুগী করি করি মান-চাং লৈব—লৌন কয়া, ইংখোল্লন কয়া, য়ুম কমদৌরিব, শঙ্গোই শাদব য়াখিদ্র, পৈশান কয়া কমদৌব, ফিরোল, কোল-লিক, চানব-থরুব করি করি লৈব। ইমুং অদু চাব ব্রাৎপর, ব্রাত্তবর ?

(iii) ইমুং অদুগী চাগা কয়ানো ? নোংমদ নত্রগ চয়োলদ নত্রগ থাদ কয়াগী চাংদ লাকপ ? মদুদ লাকপ অদুন ইমুং মন্নুং কোন্নব ঙম্ব্র ? ঙমদ্রগ কয়া ব্রাৎলি। লাকইব ফিভমদি লেপ্তুবীর, অরেপ্পীর ? করম্ব মওংদগী লাকইব শেন্নো ? কয়া কুইন লাক-খিনি। থবক তৌদুন ফংব্র, দুকান ফমদুন ফংব্র ? নত্রগ থবক শুবগীর, শেল পুথোকপগী শেন্দোইর ? হান্নদগী হেনগৎপর ? অদুগ অতোপ্প পৈশা ফংফম নত্রগ চৎফম্ন কয়া লৈব ? করম্ব মতমদ ?

(iv) চাদিং—নোংমদ চয়োলদ নত্রগ থা অমদ ইমুং অদুন চাদিং কয়া তোই। করম করম্ব মরমদ পৈশা শিজিন্নে, চাবদ কয়া,

শেৎপদ কয়া চংখিব! শেনখাই থুমখাই, পোৎয়েংদন কয়া চংখিব? মীগী পৈশান কয়া তোনশিল্লব? চাদিং অত্থ হান্নদগী হেনগৎক-দৌরিব্র? নত্রগ তাথগদৌরিব্র? মত্থগী মরম্ম করিদগীনো?

(v) ইমুং অত্থদ লাইরিক তম্ব অঙাং য়াওরিব্র? কয়া শুবদ তম্ব, করম্ব হিরমদ তমগদৌরিব? মান লোইরগন করি থবক পাইখৎকদৌরিব? অত্থগ লোইগদবন চহি কয়া ব্লাৎলিব? নত্রগ তমদি তমত্রিব তমগদৌরিব অঙাং য়াওরিব্র? ঙম্নমক মী কয়ানো? মখোইগী লাইরিক তম্বদ থা অমদ লুপা কয়া চংব! তম্মীব মী অত্থ তোকঅবম্ম য়ারবর? লাইরিক্ত তম্ব—অতৈ করি থবক তম্মী? হাইরিবশি ম্নপির, ম্নপার?

(vi) সমাজ অত্থদ মাগী ফিভম কমদৌন লৈব—মাবু মীন কিন তোনত্র নত্রগ থওইবীদবা জাৎলৈ? শেল পাইব অমনি নত্রগ য়াম্ন হৌন খংব মীতানি হায়ন খনবীব্র? মহাক্ল মীগী কান্নব কয়া তৌখিব, কয়া তৌখিগদৌরিব? অত্থগ মহাকপু মীন করম হাইন খলহন্নিংবগে? অত্থগ য়ামত্রবদ লৈবাক্কী সেবা তৌনিংব মী অমদি ওইগদবনি।

(vii) ইমুং অত্থগী অকুপ-অতা করি করি ব্লাৎপ—হৌজিক হৌজিক্কী তৌদব য়াদব, চংদব য়াদব পোৎলমদ ইমুং অত্থগী করি করি ব্লাৎপ? করম্ব মওংদ শিল্লগ মত্থগী লৈনব হোৎনব য়াগদগে?

(viii) ম্নপী থিত্রিব নত্রগ লুহোংখিগদব কয়া য়াওব—মখোই অত্থগী মতম্ন কয়া ব্লাৎলিব? শিন্দোক শিঞ্জিন তৌনব য়াগদৌরিব্র? মীঙোন্দগী পুশিনব তারিব্র?

(ix) করিগুম্ব মাগীদ থবক তৌহুনা লৈব মী য়াওরিব্র? কয়া কুইন তৌগদৌরিবনে? মহাক্কী থাগী চাদিংন কয়ানে? মাগী করি করি তৌবিগদৌরিব?

(x) য়ুমলোন কৈরোম্নবন কমদৌব? ফিভম ফবর, ফত্তবর? তিন্নব নুংঙাইব্র. নুংঙাইতব্র?

ইমুংগী থৌরাং তৌরকপ মতমদ মথক্ত হাইরিব হিরম খরসি নিংথিন খল্লহৌব তাই। মসি ঙাক্ত নত্রবস্থ অতোপ্প চানব, চানদব হিরম কয়া অমস্থ মাগী মাগী ফিভম মতুং ইন্ন খন্নব তাই। ইমুং অহুগী মীন তরামুক চাশিল্ল। লৌ ইংখোল করিস্থ লৈত্রে। চাগা লুপা ৫০ দগী হেনব ঙমদ্রে। অহু ওইরবদি ইমুং অহু শোইদন মরাই চাইথগনি। অহুগীস্থ মথক্ত ইমুং অহুন ফিভম ফৎচিল্লক্তবগী মতুং ইন্ন করিগুম্ব থবক অমত্তস্থ পাংথোকপ ঙম্মরোই। ফিভম্ন ফৎচিল্লক্ত্রবদ মরুপ মপাং কনাস্থ য়াওরক্তে। মতম অহুদদি খুদোং থিবতন মাগী মশরুক ওইরগদবনি।

অস্থম তৌহুন ভারত্ত লৈব লৌমী অয়াম্বন লৈখা তাহুন অমুক শেমগৎপ য়াররোইদব মওংদ মাংলিব অসিনি। হৌজিক্তি অঙম অঙম্ব ওৎনবগী মতম অহুস্থ নত্রে, অমন অমবু মত্তেং পাংনব, মশান মশাবু মত্তেং পাংজব মতম্নি। অহুগীস্থ মথক্ত লাইরব কয়াগী ফিভম ফগৎনব হাইহুন সরকারন চহি মঙাগী থৌরাংদ লুপা কয়া কয়া কাইথোকপিরিব অসিনি। খুদোং চাব মতম অসি নাম্বোকহন্দন এখোইন হৌজিক হোৎনবগী মতম য়ৌরবনি।

অদুগ অমরোমদ য়েংঙুরে হাইরগ মী কয়ান মহাক্ন ফংলিব পৈশা অদু মান শিজিন্নগদবদগী য়াম্ন হেন্নদি ফংব অদুগ মফম চান শিজিন্নদনুন অরেম্বদ মাংহনব কয়া অমস্থ য়াওরি। "পৈশাবু পৈশা ওইন খন্দ্রবদ মী অদুনা মী ওইবদি শোইরবনি।" মহাক্ন তৌরিব অদু করিদগীনো হায়ববু মঙোন্দ মশাগী থৌরাং য়াওদবননি।

য়ামদ্রবদ মান তাল্লিব শেল অদুগী শরুক খরদি তুংশিন্দুন থমগদবনি। পৈশা তুংশিনব হাইবশিদি লাইরবশিংগী মমল নাইদ্রব মন্ত্রনি। থা খুদিংগী লুপা অমত্ত ওইরবস্থ তুংশিন্দুন থমগদবনি। তুংশিল্লিব পৈশা অদু কৈদৌঙৈদস্থ অরেম্বদ শিজিন্নরোইদবনি। পৈশা লাকপ য়াব লম্বীতদ শিজিন্নগদবনি। চহি মঙা অম তরা অম অস্থুম্ন তুংশিল্লগ মান তৌনিংব থবক মচা অম তৌদুন মাগী চাগা হেনগৎনব হোৎনগদবনি।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি পৈশা তুংশিনবগী খুদোং চাবস্থ য়াম্ন ফংঙে। ডাকঘরদ সেভিংস বেঙ্ক হাইদুন পৈশা খর খর তুংশিনব য়ানব অফব থৌরাং অমস্থ তৌবিরে। মফম খুদিংমক্ত বেঙ্ক কয়াস্থ লিংঙে। মদুদ মাগী মাগী খুদোং চাব মতুং ইন্ন পৈশা তুংশিনব য়াই।

বেঙ্কত পৈশা থম্বগী মওং অসি মখল অহুম শুই। ঙাইহাক লৈতন লৌথোক লৌশিন তৌনব য়াব অম, অকল্পন থম্বগী মখল অম, পৈশা তুংশিনবগী মওং অম।

পৈশা তুংশিনবগী মওং অসিদি থাংজ ন্নুমিৎ ন্নুমিত্ত লৌথোকপ য়াই। অদুগ থম্বদি ন্নুমিৎ খুদিংগী অদুম য়াই। ঙাইহাক লৈতন লৌথোক লৌশিন তৌবগী মওং অসিদি অহানবদ লুপা চাম্মদগী

তাদন থমগদবনি। অদুদগী মহাক্ন শিজিন্নবিংব মতমদ চেক ওইন পিশিল্লগ লৌথোকপ য়াগনি। অকক্লন থম্ব অদুদি পাক পাক লৌথোকপ য়াদে। ফিভম অমদি মতম খর চংঙি।

অদুদম্ব নত্তন বেঙ্কন লৈবাক্কী কান্নব কয়া অমম্ব তৌই। মাগা মরি লৈনব মীগী থবক কয়াস্থ তৌবী। হাইবদি পৈশা পিথোক পিশিন তৌবদ মুপান্থন থবক চিল্লি হাইদুন বেঙ্কত শিন্নরগ থাগী ওইরবম্ব পিফম থোকপ অমদি লৌফম থোকপ পৈশা অদু লৌথোক লৌশিন তৌবীব য়াই।

অদুগ কনা কনাগুম্ব মীগী মমল য়াম্ব পোৎচৈ শনা লুপান শাব কয়াস্থ বেঙ্কত শিন্নদুন মাংদনব থম্ব য়াই। অদুতম্ব নত্তন কনাগুম্ব অমন শিরমদাইদ মাগী পিক্লিব মচা অদুগীদমক থমজরম্ব মরল মথুম অদু মাংদনব হাইদুন বেঙ্কত শিন্নরম্বস্থ য়াই।

অসিগুম্ব খুদোং চাব অমদি চাদব কয়া অসি খংলবদি ইমুংগী শরৌ শিনবদ য়াম্ন মুংঙাইব হেনগনি। অদুন অতোপ্প মরমদস্থ খরগ মখাদ নৈনখিসি।

কুন শুব চহিচা অসিদদি অন্নাবদ তারব মীবু থুন অমুক মাগী মাংখ্রব লাইবক অদু শেমজব ঙম্নব থবক কয়া পাইখৎনরে। ঐগী য়ুম অদু মৈ চাক্লুন তুমখ্রে। অমুক শাবস্থ ঙম্বগী থবক লৈত্রে। হান্ন শাবদ চংখিবস্থ লুপা য়াম্মী। মদুগী ফাওব কুপখৎনব লোই-দ্রিবনি। মদুদ ঐগী ফিভম অদু কয়াদ খুদোং থিগব? খন্দুন অমুক্ক য়েংবিয়ু। য়ুম অদু চাকখিবদ ঐহাক্কী লাইবকস্থ য়াওখ্রবনি। চাকথেকখ্রব লাইবক অদু অমুক শেমগৎপ হাইবশি ফন লুব থবক্লি।

অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি থংক অসি লাইথোকহল্লে। মানা য়ুমদু শাব হৌগৎলকপদ মৈ কন্নব কাংবুগ মরি লৈনহৌগদবনি। অদুগ অনি শুবদ মৈ চাকপগী কোম্পানি য়াওগদবনি। অকোনবগী অসিন মৈ চাকপ লোইরগ মতুংদ য়ুম অদু শানব পৈশা পিবিরক্কনি। অহানবগী অসিন মৈ চাকইডৈদ কন্নবনি। মদু য়াওবগী মওংদি থোইন কুপ্ন নৈনদুন কান্নদে। হাইরিব কোম্পানি অসিদ ঐগী য়ুম অসি লুপা অস্তুক ওইগনি হাইবগী চাংদু য়েংঙগ চহিদ অনিরক ওইরবসু অহুম্নক ওইরবসু পৈশা থিজিনগদবনি। পৈশাদি ঐন লুপা লিশিং অনিদ মথিরি। অদুবু য়ুমদি চাকখ্রে। অদু ওইরবদি য়ুম অদু শাবদ লুপা লিশিং তরা চংগনি হাইদুন লুপা লিশিং তরাগী য়াওখিবনি। মতম অদুদ য়ুম শাব ওক্লব পৈশাদু পীবিরক্কনি। ইমুংগী থৌরাং শিনগে হাইরবদি মসিমসু থংবদ খরদ ওইরবসু কান্নব রানি।

হৌজিক্কী মতম অসিদ লাইফ ইন্সুরেন্স হাইগুন অমসু চৎনরি। মসিদ পৈশা তুংশিনবগী মওং অসিন করিগুম্ব অকক্লব আশা অমগী মখা পোল্লি। ঐন হয়েং ইচা পোক্লগ ইচাগী লাইরিক তম্নব তুংশিনব য়াই। ঐন শিরগ শোরাংকী ওইন তুংশিনব য়াই। ইচা মুপী লুহোংবগী ওইন তুংশিনব য়াই। ঐন শিরগ পিক্লিব ইচান মতম চান ফংহৌনব তুংশিনব য়াই।

তুংশিল্লিব পৈশা অদু মান পল্লিব থৌদোক অদু থোক্রিব ফাওবদি লৌথোকপ য়াদ্রে। ইচান ফংজহৌনব হাইদুন ঐন পৈশা খর থমজিল্লে। ইচা অদু চহি শুরে। চহি কুনমঙা শুবদ

লৌথোক্লব থম্মবনি। অদু ওইরবদি ইচান চহি কুনমঙা শুদ্রিব ফাওব পৈশা অদু লৌথোকপ য়াদ্রে। ঐন শিখ্রবসু ইচা অদুদ কোম্পানিন পিবিগনি। অসুম তৌদুন মম। মপা। লৈত্রব মচা কয়ান নিংব কাইন মতেং লৈত্রবনি হায়দুন লম্বীদ চত্তুন মীগী মীনাই ওইব অসি ফরক্কনি। অদুন হৌজিক্কী মতমগী মী অয়াম্বন লাইফ ইন্সুরেন্স কোম্পানি য়াওশিনগদবনি। পৈশাসু মচিৎ মচিৎ য়াম্ন কুইন থিব য়াই।

ঐখোয়গী ভারতকী মী অয়াম্বদি লৌউশিংউব, লম্লাইদ লৈব ঙাক্কনি। অদুন ইমুংগী থৌরাং অসি অসুম তৌগনি হাইন য়েক্তুন তাকপদ য়াম্ন চানব ব্লাৎকনি। অদুবু শম্ন হাইরবদ মথক্ত হাইখ্রিব নিয়মশিং অদু অমদসু অমদম্ন শিজিন্নব য়াব ঙাক্কনি। ঐখোইগী লৌউব অয়াম্ব পৈশা ফংবগী চাং অসি য়াম্ন ব্লাৎলি। অদুন মখোইন পৈশা তুংশিনবগী থবক অসি য়াম্ন লুনথোকই। অদুন ইমুংগী থৌরাংগী মরমদ খর নৈনব তারকপদ লৌউব কাংবু অমা, থবক তৌব কাংবু অম, লাইরব কাংবু অম, ইনাক খুনব কাংবু অম অনি থোক্ন খাইদোক্তব ইয়া য়াদে। হৌজিক্কি ইমুংগী হিসাব শুবগী মরমদ খর নৈনশি।

ইমুং অমগী মী মরি- লৈ। পৈশা ফংবদি মুপা অমথক্তনি। থা অমদ লুপা ৬০ ফংঙি। মাগী অতোপ্প লাক্লিংঙাই কৈস্নু লৈতে। লৌ লৈতে। ইংখোল মচেৎ অমদ তাংদুন লৈ। য়ুম অদুসু ব্লাইবগী থাদ লুপা ভারা পি। চেং মন্দ লুপা ৮ পি। থা অমদ চেং মণ অম মখাই চাই। হৌজিক থাগী ওইন পাথোক্তুন অমুক্ত য়েংশি।

| মথং মনাও | তারিখ | অকুপ্প মরোল | মমল | অপুনব | পোৎমশিং | অরেম্ব | ফংঙকপ | ১৫খিব |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ১.১০.৫৬ | তলব | | | | হান্নগী ১০/- ৬০ + ১০ = ৭০ | লুঃ ৬০/- | |
| ২ | ২.১০.৫৬ | ড়ুকানগী শিংখিব | | | | ৬৩ | | ৭/- |
| ৩ | ৩.১০.৫৬ | চেং ব্লানব | মন্দ লুঃ ৮/- | ১২/- | মণ ১½ | ৫১ | | ১২/- |
| ৪ | ১০.১০.৫৬ | হব্লাই মুক | সেরদ লুঃ ১/- | ৩/- | সের ৩ | ৪৮ | | ৩/- |
| ৫ | ১৫.১০.৫৬ | ঙা অকংব | | ৫/- | | ৪৩ | | ৫/- |
| ৬ | ২০.১০.৫৬ | স্কুলদ দান তৌখিব | | | | ৩৩ | | ১০/- |
| ৭ | ২৫.১০.৫৬ | কেরোশিন লৈব | তিন্দ লুঃ৭/- | ৭/- | | ২৬ | | ৭/- |
| ৮ | ২৯.১০.৫৬ | য়েঙ্খাং নাপীগী | লুঃ ১০/- | ১০/- | | ১৬ | | ১০/- |
| | | অপুনব | | ৩৭ | | ১৬ | | ৫৪ |

হন্দক্কী থা অসিদ মুপা অসিগী পুন্ন লুপা ৫৪/- চৎখি। অদুগ লুপা ১৬৲ লেমহৌই। মুপা অসি থা খুদিংগী লুপা ৬/- তি শোইদন তুংশিল্লি। মহাক্কী য়েঙ্খাং নাপী লৈবগী অমদি মচিৎ মচিৎ চৎপগী পৈশা অদু পুল্লপ কাইথোকই। অদু নত্তব পোৎয়েং-চৈয়েং অমদি চংদব য়াদব, ফিরোল লৈবগী পৈশাদি পুন্ন কাইথোকই। অদুগীমু মথক্ত কেরোশিন লৈবগী চৎখিব পৈশা অদুদি মহুন থা অহুম মরিদি চৎনরগদবনি। হান্নগী শেন্দোল লুঃ ৭/- স্কুলদ কৎখিব লুঃ ১০/- অসিদি থা খুদিংগী চৎকদব নত্তে। অদুগ হান্নগী লেমহৌব চেংন থা অদুদস্থ লৈহৌব মরম্ন চেং ব্রানবদ পৈশা খর তাই। মহাক্কী লুপা ১৫/- অসিদি সেভিংস্ বেঙ্কত থা খুদিংগী শোইদন তুংশিল্লি-বনি। পৈশা খর খর লেমথোক লেমশিন তৌব অদুন মাগী চাদিং অমস্থং ফিরোল লৈব, চংদব য়াদব মতাংদ শিজিন্নৈ। অদুগ য়ুমগী ভারা অদু থা অহুমগী ওইন থি। চহি অমগী মন্নুংদ মহাক লুপা ১৮০/- দি শোইদন তুংশিল্লি। অদুগ করি করিগুম্ব চহিন লুপা খরস্থু খুত্ত লেমহৌব য়াওই।

অদুগ হৌজিক ইনাক কাবক থুনব মী তরেৎ চাব ইমুং অমগী হিসাব শুদুন অমুক য়েংশি। মসিদি অশম্ব মওংদ শুশি। ইমুং অসিদ হান্নগী লুপা ২০০/- মথুত্ত লেমহৌই।

| মথং মনা ও | তাং | অকুপ্প মরোল। | ফংঙকপ | চৎখিব | লেমহৌব | অতৈ মরোল |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ১.১.৫৭ | স্তুকান শানবগী মমল। | ৩০০/- | | ৫০০/- | |
| ২ | ১.১.৫৭ | হরা শানবগী মমল | ৫০০/- | | ১০০০/- | |
| ৩ | ১.১.৫৭ | পোৎ য়োনবগী কমিশন | ৫০৫/- | | ১৫০৫/- | |
| ৪ | ১.১.৫৭ | ময়ামগী ফিরোল লৈব | | ৫০০/- | ১০০৫/- | |
| ৫ | ১.১.৫৭ | থবক তৌব মী অনিগী স্তলব। | | ১২০/- | ৮৮৫/- | |
| ৬ | ১.১.৫৭ | থা অত্তগী চানব পুন্ন। | | ২০০/- | | |
| | | | ১৩০৫ | ৮২০ | ৬৮৫ | |

ইমুং অসিদি ময়াম ওইরপ তৌন মুংঙাইব ইমুংনি। অদুন নোংমদ পৈশা চথোক চৎশিন অসি অম্বুক্কী মতিক য়াম্মী। ইমুংগী ওইন চৎপ মতমদদি পুল্লপ তৌখিবনিন মুমিৎ খুদিংগী অস্মুক য়াম্ন তৌদে। অদুগ মান পৈশা ফংবগী তোংঙান্ন বই কয়া লৈ। অদুদগী পুন্ন পুন্ন ইমুংদ চৎকদব অদু কাইথোকই। ইমুংগী তোংঙানব বই অমদ হিসাব অসি তোংঙান্ন শুদুন থম্মী মসিদি চাউরাকপ মওং অমত্ত মউৎপনি।

অদুগ হৌজিক লৌউব ইমুং অমগী চহিগী হিসাব অমত্তং চাউরাক্ল পাথোকশি। ইমুং অদু মী মঙা চাই। মুপী অনি, মুপা অম, অঙাং অনিনি। মখোই পুন্নমক্ল চহি অমদ ফৌ মণ হুম্ফু

চাই। অদুবু মহাক্ন লৌউবদগী লৌশাল, শলশাল পিথোকখ্রগ ফৌ মণ য়াঙ্খেখক্ত লেমহৌই। য়ামদ্রবদ ফৌ মণ তরাদি পুশিনব তাই। অদুগ মহাক অতৈ থবক—শিং য়ানব, ই ফানব তৌদুন পৈশা খরসু তাল্লি। মুপীশিংন ফৌ শুদুন খরসু থোকই। মুপীন তানবন ঙা থুম পুনখ্রে। মহাক্ন তানব পৈশা অদুন পঞ্জাও খর শিজিন্নখ্রগ লুপা খরস্থ অমুক তুংশিল্লি। মহাক্কী চহি অমগী হিসাব মখাদ পিরি ঃ—

| মথং মনাও | তাং | অকুপ্প মরোল | ফংঙকপ | চৎখিব | লেমহৌব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১. | ১.১.৫৭ | লৌ উবগী ফৌ মণ ৫০ ; মণদ লুপা ১০/- | ৫০০/- | | ৫০০/- |
| ২. | ৩.৩.৫৭ | পুরুব মথক্কী চাংদ ফৌ মণ ১০। | ১০০/- | | ৬০০/- |
| ৩. | | মুপী নোংমদ -/৮/- অমগী চাংদ ফংঙি। চহি অমদ। | ১৮০/- | | ৭৮০/- |
| ৪. | | মংাক্ন থবক শুবদ চহিদুমদ পুন্ন। | ৫০০/- | | ১২৮০/- |
| | | | | | ১২৮০/- |

চহি অমদ মহাক্ন পুন্ন হিসাব তৌদুন য়েংবদ লুপা লিশিং অমদগী তাদন ফংঙি। অদুবু হিসাব অসি শুদ্রিঙৈ মতমদদি মাংবত থংঙম্মী। হিসাব শুরব মতমদগীদি চহি খুদিংগী লুপা চনি তুংশিনব ঙম্মে। অসুম্ন মমৈথংদদি মহাক মগুণ লৈব, মীন ইকাই-খুম্নব মীশক অম ওইরকএ। মথক্ত পিরিব অসি মহাক্ন ফংবগী হিসাবনি। মখাদ মহাক্কী চাদিংগী চাওরাকপ হিসাব অমগ পিরি ঃ—

| মথং মনাও | তাং | অকুপ্প মরোল | ফংঙকপ | চৎখিব | লেমহৌব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১. | ৩১.১২.৫৭ | চাবদ ফৌ মণ ৫২ চৎখিব; মথক্কী মমলদ। | | ৫১০/- | ৭৬০/- |
| ২. | ” ” ” | চহি অমগী ঙা থুমদ চংব। | | ১৫০/- | ৬১০/- |
| ৩. | ” ” ” | মরুপকী শেন্থাংদ। | | ২৪/- | ৫৮৬/- |
| ৪. | ” ” ” | লৈকাইগী শেনখাই, পোৎয়েং পুন্ন | | ৫০/- | ৫৩৬/- |
| ৫. | ” ” ” | ফিরোল লৈবদ পুন্ন। | | ১০০/- | ৪৩৬/- |
| ৬ | ” ” ” | শল নাম্ম লৈবদ | | ৮০/- | ৩৫৬/- |
| ৭. | ” ” ” | মমাং শঙ্গোই অম শাবদ | | ৬০/- | ২৯৬/- |
| ৮. | ” ” ” | ইংখোলদ হুন্নব মরু মরাং লৈবদ | | ২০/- | ২৭৬/- |
| ৯. | ” ” ” | কেশ অমগী ইস্ফাল হঙ্গৎহন্দা চৎপদ | | ৪০/- | ২৩৬/- |
| ১০. | ” ” ” | মুপী নাবগ মচা অনিরক নাবগদ | | ৬০/- | ১৭৬/- |
| ১১. | ” ” ” | ফৌ মণ মঙা তাইবগী। | ৫০/- | | ৫০/- |
| | | | ৫০/- | ১১০৪ | ২২৬ |

ইমুং অসি অহানবদদি ময়ুম অতু ফাওব শেমজিনব ঙম্মম্ব নত্তে। অতুবু মমৈদদি পৈশা খর খর পাইরক্তুন চহি অমদ শল নাম্ম লৈশিল্লি। অতোপ্প চহিদ অম লৈশিল্লি। অতুদগী গাড়ি, লৌ লৈশিন্দুন মীগী মতেং য়াওদন মশা মতোমত লেপচব ঙম্ব ইমুং অম ওইখ্রে। অতুদগী নোংম নোংমগী ফিভম ফগৎলক্তুন মশক ফজব, মীন শকখং মাইখংব মীশক অম ওইখ্রে।

অতুদস্থু নত্তন ইমুং অম পাল্লব হাইব অতুদি মচা পোকপ ফাওব মশিং কক্লব হোৎনগদবনি। মল্লবদি পৈশাদি খজিক্ত মফং চাবীনবদি মাইকৈ খুদিংদগী ময়া কাথোরক—মী অতু মমাম্নবগী মীরক তিনব ঙম্ব হৌনদ্রে। লাইরব ইমুং অমদ অঙাং অহুম পোক-পদ য়াম্মনখ্রবনি। মতুগী য়োকপ, থাকপ, লাইরিক তম্ব পুন্নমক অসি হোৎনবদ ইমুং অতুদ অরুব অম ওইন থোক্লগদবনি।

ঐখোইগী লৈবাক অসিদদি মতুগী ব্রাখন্দি করিস্থু তৌনব লৈতন মুপী থিজিল্লে, অঙাং মঙা তরুক পোক্লে। চাব থকপগী মথোংস্থু খংদ্রবনিন, নারে—থবক শুবস্থু ঙমদ্রে। মীঙোন্দগী পুশিন্দুন চারে, শিংব ঙমদ্রে। অঙাংশিং অতুস্থু অয়াম্ব মতমদ চহি মপুং ফাদন শিবন নম্মি। ঐখোইগী চৎনবী মতুং ইন্ন শিরবদি মাগী হৌনবী খর তৌব তাই। অসিগুম্ব তৌদব য়াদব ময়াম অসি হোৎনবদ নোংম নোংমগী মরাই চাইথরক্তুন লৈবাক অসিগী কয়াদ ফত্রব ফিভম অম উব ফংলিব! করিগুম্বদ ইমুং পুরিব অহল অতুন মতম চাদন অমুক শিদোকখিব থোক্লো—মুপী অতুন মচাশিংগ লোইনন কয়াদ অৱাব ফিভমদ লৈহৌব হৌনব! অঙাওবী

# ইমুংগী শরৌ

শাত্তুন, ফি শেগাইব শেত্তুন লম্বীদ কোইচৎ চৎলক্কনি। সমাজগী মওং অসি য়াম্ন ফজদব মওংদ য়েকখ্রগনি। মীন উবদ মীনাই ঙাক্কগী লৈবাক ওইন উখ্রগনি। মীন ঐখোইবু করিস্মু উশিৎপিররোই। অত্তুন ঐখোই লৈবাক অসি লৈখা তারিবশিদগী কনশি হাইরবদি থোৌরাং অমদি শেমদব ইয়া য়াদ্রবনি। মথক্কগী সরকারন তৌরকপ ঙাক্কনদি ওইব গৌনদ্রে। ইশা ইশান চোংথোক্কুন লৈবাক শেমগৎ শাগৎপগী থবক্ক চংগদবনি।

মতাং অসিদ হন্ন হন্ন পন্দব য়াদ্রব—পুকচেল শেংব; তৌরিব থবক্ক পুকচেল শেংব, থব্লাই য়াওব, খাংব কনব, হোৎনব কনব, নোম্ব কনব, তন্দব, হনব নাইদব, ঐগী মীগী য়েংদব হাইব মগুণ কয়া অসি চংঙি। পুম্নমক অসিগীস্মু মথক্ক লৌশিং শিংব, মী ঙম্ব, খুজিল থোৌরাং হৈব, চেকশিনব হাইবশিস্মু শেমগৎ শাগৎপগী থবক্ক য়াম্ন কান্নরব মচাক ঙাক্কনি।

পুন্সিগী মাইওল খুদিংমক্ক থোৌরাং হাইবশি য়াউদব ইয়া য়াদ্রবনি। নত্রবদি হৌজিক্কী মতম অসি মমাংদৈংগুম্ন ইরাই লাইব মতম নত্রে। "চোংদ্রিদৈদ খোংদাফম হাম্ন য়েংহৌগদবনি। তিংখং লৈরমত্তুন য়ুখ্রবদি অরেম্বদ মতম মাংগনি, হকচাংগী পাঙ্গল মাংগনি।"

ইমুংগী শরৌ শিল্লকপ, মতমদ চংদব য়াদ্রব মচাক কয়া অমস্মু লৈরি—মত্তুদি য়ুম্নৈ কৈরৈ, হকশেল কাংলোন, চিঙ্গাক, কোইবচৎপ, অঙাং য়োকপ, নাদনব হোৎনব অসিনচিংবশিং অসিস্মু মুন্ন য়েংশিনব তাই।

ইংখোল শম্বল নাম্ন থমগদ নি। য়ুমগী মনাক নক্ক অমদি

ইংখোলগী অকোইবদ ফত্ত হৌদি, অপুম অশা, ইশিং ফত্তব লৈহল্লোই দবনি। য়ারিবমখৈ ঈশিং অরুব, মুংশিৎ অশেংব, মুংশা মরাং কাইন ফংনব হোৎনগদবনি। মনম নমথিব অমসুং মুংশিৎ শেংদ-বন মুংশা স্বর হোল্লবদি হকচাং ফত্তে। অদুগীমু মথক্ত মুংশিৎন হকচাংদ শোক্কদব ফত্রব মহিক মতাং কয়াস্সু মাংহল্লি। মুংশিৎ অশেংবগ, মুংশা মণ্ডালগ, ঈশিং অশেংবগতন তমথিরব লোক্কী লাইনাবু লাইয়েংব ঙম্মি। ইংখোলগী অকোইবদ হৈ-লৈ থাদন মতম পুন্নমক্ত পুক্লিং মকা লান্ন লৈনব হোৎনগদবনি। অয়ুক হৌগৎলকপদ, মুমদাং-ব্লাইরমদ অমদি মুমিৎ য়ুংবদ মুংশিব হৈনম লৈনম তাব অদু পুক্লিং কয়াদ থৌগৎপগী মশক্নো? পুক্লিংবু মুং-ঙাইরবদি হকচাংস্সু মুংঙাইগনি।

"শেল তিংদন ফংলব কান্নরব মুংশিৎ মুংশাবু ঐখোইন থক কাওথোক্লোইদবনি।" য়ুম শাব মতমদ মমাংদ অমদি মখাদ মিহুখোং মরাং কাইন ফাৎকদবনি। মিহুখোং কারল কারল ফাৎপ অসিমু য়াম্ন ফৈ। হাইবদি অব্রাংদ মিহুৎ অম পাল্লব—মদুগী মপাদ মখাদ অম পাল্লব—মসিবু মিহুৎ কারল ফাৎপ কৌই। মসিগী কান্নবদি মুংশিৎন খাদগী শিৎলকপ মতমদ মখাগী মিহুত্তগী চংঙক্লগ ইমুংদ লৈরম্ব ফত্তব মহিক,' নমথিব মনম অদু পুরগ অব্রাংলোমদ থোকখি। অব্রাংদগী শিৎলকপ মতমদস্সু অস্সুম্ন ৎৌই। য়ুমগী মথক থংব শরুক অমসুং মখা থংব শরুক্তস্সু অহোব খর থমগদবনি। মরমদি ঐখোইন হোন্দোক্লিব ফত্তব স্বর অসি শাই। অশাব মনিলদি মথক লোমদ তাম্মোকখি।

মুংশিৎপু অশেংব ফংদ্রবদি অঙকপগী মশক ফংলব তমথিব লাইনা চংঙকপ য়াই। খুদম ওইন হাইরবদ ঐখোইন য়াম্ন কিনরিব লোক্কী লাইনা অসিমক মুংশিত্তগী পোকপনি।

অদুগ অমরোমদ মুংশান পোৎচৈ ফত্ত-হৌদি পুম্নমক থুন কংথহন্দুন মনম নমথিব পোকহন্দে। অত্তগীস্থ মথক্ত তমথিব অনাব কয়াগী মহিক অসি মান হাৎলি। অদুন কাংন মুংশাগী মঙান্দ খাংব ঙমদত্তুন মুংথিলগী মতমদ অমম্বদ হোৎচিন্দুন খাংঙিব অদুনি। কাং হাইবশিমক অরুমগী মমানি। ওন্থোক্ত ফৎথিদ্রব তিল মথল অমনি। মান চিক্লগ মহিক থাজিল্লমত্তুন অরুম হৌরিবনি। অদুন য়ারিবমখৈ মুংশিৎ মুংশা অশেংব ফংনব হোৎনগদবনি।

ঐখোইন চিংশিল্লগ হোন্দোক্লিবশি স্বরনি। স্বর হাইবশি মুংশিৎনি। মসিন করি কান্নে? নাতোলদ চংখ্রে হাইরগ থবোম্বী তান্ন পাইশিনখি। মফম অত্তুদ থম্মোইদগী চেম্থোরকপ ঈ থেংনৈ। ঈশিং অসি হকচাংগী মফম পুম্নমক্ত চেল্লুরগ থুংঙবত মঙাইরি। অদুগ হকচাংগী মফম কয়াদ ফত্তব মহিক কয়া থেংনত্তুন লান তৌরুবগী য়াম্ন মশা শোল্লি। ঈশিং অসি শেংদে। চংখ্রিব মুংশিৎ অশেংবশিন য়ৈবদ ঈশিং অসি মপাঙ্গল কনখৎলি। ফত্তব মখৈন মনিল ওইন স্বর হোন্দোকপদ য়াওরকই। অদুননি লোক্কী লাইনান নাব মীগ স্বর নক্লরুম্ন হাইরিব অদু। অসিগুম্ব মুংশিৎ অশেংব অসিবু ফংদ্রবদি মী অদু শোইদন মশা ফররোই।

অদুগ অনিশুবদ য়ুমগী চেকশিনগদব হাইববু অমাংশং, ঈশিং চৎফম, লুখাককোম মফম চান চান নিংথিন থমগদবনি। নত্রবদি

নমথিব মনম অতুন স্বর হোনবদ নুংঙাইহন্দে। অতুগীস্থ মথক্ত ককচেং নত্রগ হয়িংন মফম অতুদ তোংঙুরগ ঐখোইগী চান-থরুব চিঞ্জাক্ত অমুক তোংঙৈ। কয়াদ তুক্কচখ্রব ৱাফম্লো? তুক্কচবদি থম্বু থমখ্রো। মতুদগী অকিবগী মশক ওইরব লাইনা পুকচৎপনচিংব পোকইবনি। অতুন মনাক অকোইবদ হাইরিব মফমশিং অসি শেম্মোইদবনি।

করিগুম্ব শঙ্গোল শাব তারবস্থু য়ুমদগী খুত্থপ চাম্মরোমদি লাপ্পন শাগদবনি। মীতৈগী য়াম্ন ফত্তব অমন য়ুমদ খুন্নু মকোল য়াম্ন শাজিনগল্লি। মসি ফত্তে। খুন্নুশিং অসিন হাইরিব ফত্তব মফমশিং অসিদ চৎলুই। অতুগ মকোন্দ চংঙকই। অতুগ মকোল মন্নুংদ মথি ফাইজিন্দুন নমথিব মনম অমস্থু পোকহল্লি। মথি অতু কংঙগ ইফুল মরিক ওইন পাইশিল্লক্তুন চাক্ত কবিদ তারব য়াই। খুন্নুদস্থু যত্রব ভীলগী লাইনা অসি পকই। অতুন য়ুমদ খুন্নু মকোল শাজিনব অসি য়াম্ন ফত্রব চৎনবীনি।

মথংদ ঐখোইন ঈশিংগী মরমদ খর নৈনশি। ঈশিং লুম-থোকঅগ থকউ হাইবশি মী খুদিংমক্কী নাকোংদ তারম্ব য়ারে হাইন খল্লি। অতুবু মতুগী চপ চাব কান্নফমদি কনাস্থু খংনদ্রি। ঈশিং ফত্রবদি ইতোল ফাইব, পুকচৎপ, অরুম লাইহৌ কয়া তৌব য়াই। অতুন ঈশিং অফব তান্নরিবনি। লুমথোকঅবদি হাইরিব মহিকশিং অসি লোইন শিখিগনি। মতুস্থ ব্রোং ব্রোং শৌদ্রবদি কান্নদে। অতুগ অমরোমদন ঈশিংদ তুম্নব থুমগী শরুক কয়া অমস্থু য়াওরি। মতুন হকচাংদ য়াম্ন অমাংব অম ওই।

মসিগী মতাংদ য়াম্ন লুরিবদি ঈশিং অশেংব ফংব হাইবশিনি। টৌটি ফংব মফমদদি ফরে। নত্রবদি পুখ্রিগী ঈশিং, তুরেলগী ঈশিংন ঈশিং অশেংবদি ওইব য়াব নত্তে। অতুগীসু মথক্ত পুখ্রি ফাওব নিংথি হুংঙাইন লৈনদে। মসি ঐখোইগী য়াম্ন অচৌব অরানবনি। লৈকাই লৈকাই খুদিংগী ঈশিং চাফম শেমদুন থমগদবনি। মন্নুংদ ইরুশিল্লোইদবনি। মপান্দ কোল ফেংজিল্লোইদবনি। পুখ্রি অদু থা অহুম অহুমগী মন্নুংদ হিদাক থাদদুন শেংদোক্কদবনি।

ঐখোইগী হকচাং অসিগী শরুক চাম্মগী মন্নুংদ শরুক মরি-ফুতরারোমদি ঈশিংগী শরুক্কি হাইন লৌব য়াই। ঈশিংগী মপান্ন ঈ-শিংন ইচেল নাইন চেনব ঙমজরিবনি। হকচাং মন্নুংদদি ঈশিংন গারিনি। হিদাক চাব মতমদসু ঈশিং য়াওই। মদু করিগীনো হাইববু হিদাক অদু পুশিনখিননবনি। হকচাংগী অইং অশা য়োক্তুন থম্মিব অসিসু ঈশিংগী মতেংননি। অদুন য়ামদ্রবদ ঐখোইন ঈশিং অরুব, অশেংব ফংনব অসি য়াম্ন কম্ন হোৎনব তাই। খ্বাইদগী মরু ওইবদি ঈশিং অশে কাংগী মচা পোকফম্নি। লুমথোকঅবদি ঈশিংগী মরমদ চিংনব অসি য়ামদ্রবদ খর মখৈদি কোক্লিংঙাই ওইরে।

# চিঞ্জাক

অশম্ব ব্লাহৈদ চিঞ্জাক্ত মীওইববু হিংহল্লি। অদুনদি চিঞ্জাক অফব খন্দুন চাব তাই। মী অমগী মশা ফব ফগুব অসিসু চিঞ্জাক্কী মখা য়াম্ন পোনখ্রে। মী অদুন চিঞ্জাক ব্লাৎন অমদি মথল শুদন

চারবদি মশা অদু মপুং ফাদে। অদুন ভারতকী থবক শুব অয়াম্বন মপুনসি ৱাংলি, চাউজল থিল্লি। থবক তৌব মী ওইবনিন মপাঙ্গলদি পংকন কঞ্জব য়াই। অদুবু অয়াম্বনদি মখোই অসি মপুং মরৈ ফাদব মী ঙাক্ত ওইন তৌই।

মিকুপ খুদিংদ, স্বর হোনবদ, লেংব ওৎপ খুদিংদ হকচাংগী পাঙ্গলময়েং তারিবনি। মদু কদাইদগী শিংগৎলি? হান্ন য়োক-খত্তুন খর থমহৌই, মহুন শিংজিল্লি। মদু লোইখ্রবদি ঐখোই ৱারকই, চোকথরকই। অদু ওইরবদি পোত্থাব তাই অমদি অনৌব চিঞ্জাক হাপচিনব তাই। চিঞ্জাকী মনুংদ চনাংগী শরুক অসিন মৈশা পি, পাঙ্গল হাপ্পি। মরু ওইন চাক, তল অসিনি। অদুদগী মহাওগী শরুক অসিস্থু মৈশা অমদি পাঙ্গল পি। অরোইবদ তোংগী শরুক অসিন মৈশা অমদি পাঙ্গল পি। চনাংগী শরুক্তি থুন ময়েং তাগল্লি। মহাওগী শরুক্ত খর খাংঙি। মতোংগী শরুক্ত অমুক ইহেল হেল্লি।

অদুদগী শরু শাগৎনব ঈ শেংদোক্লব, লাইনা ঙাকথোক্লব মচিগী শরুক, থুমগী শরুক, য়োৎকী শরুক অসি চংঙি। চিঞ্জাক্ত শা, ঙা, হৱাই, শঙ্গোম, মনামশিং, হৈ শুন চাগদবনি। চিঞ্জাক মখল অমত্ত চাবন ওইব য়াদে।

মতম অয়াম্বদ মীতৈশিংগী চিঞ্জাক্তি হকচাংগী য়েংদে। পুক্লিং পেল্লগ লোইরে হাইবশিত মখল্লি। শঙ্গোম চাবদি চম্বনিন থোইন পুক্লিং পেন্দে। ঙারি নমথিবদুগ মোরোক শান ইরোনব অদু চারবদি মীতৈশিংন পেঞ্জব লোইরে। অস্থুম হৈনখ্রবনিন হাওবস্থু

য়াম্ন হাওরে। মোরোক অশাব অমদি ঙারি অনিথুংগী মহৈদি কৈস্থু লৈতব নস্তে। চাকখাও অসি পংথগল্লি। খজিক্তুং শোকপদ ফাওবগী পাঙ্গল অদু ব্লাৎলকই। মরম অদুন অশাব, অথাব, অয়াকপ, নমথিবগী কাংবু অসি খোইন চিংনরুদ্রে। য়ামদ্রবদ চারিব চিঞ্জাক অদুগী মমশ খংন চাব তাই।

চাক্ক পালগ চামিন্নব, চাক্ক আলুগ চামিন্নব—অসিগুম্ব মগুণ মান্ন মান্নব পোৎ চামিন্নব অসিস্থু ফত্তে। শঙ্গোম অসিদি মুংতিগী তত্তন চানব হোৎনগদবনি। শা-ঙা চাদব কাংবুন হব্রাই মরাং কাইন চাগদবনি। শা-ঙান হকচাং নোই পেনব, কনব হেলহল্লি। মনা মশিংগী শরুক্ক চাব তুম্ব, মাংথোকহনব, ঈ শেংদোকপগী থবক তৌই।

থোংব খোৎপগী নিয়মদি মাগী মাগী কাংলুপকী তোংঙাল তোংঙান্ন অদুম লৈনখ্রে। মুম্ন ফুত্তুন থোংলগ হাওব হেনব থুন তুম্ব হেনব। মুনফাত্তন ফুৎলগ তুম্ব ব্লাব, হাওব ব্লাৎপ অদুগ কান্নবদি হেনব।

চাবগী মতম অসিস্থু য়াম্ন ঙাক্ক চৎপ কৈ। শুবা মতম নাইদব ওইবন ভারতকী মীশিং অসি চাবদস্থু মতম নাইব ঙমদ্রে। নোং ঙান্দ্রিবৈদ হৌগত্তুন লবুক্ক চৎলগ মুমিৎ মুংবদ হল্লকই। অদুন কদাইদগী চাব মতম নাইব ঙমগদৌরিবনো ? তশেংবদি চাক থেংন চাব অসিদি ফত্তব জাৎনি। থবক কন্ন শুরুরবস্থু পুং নিপালগী অদুদ চরা খরদি ব্লানব কৈ। অদুগ সহরদ লৈব মীশিংগীদি হাই-ব্রিব অসি মতম নাইব অদুম ঙম্মি। অদুবু ভারত হাইবশিদি

লন্নাই ঙাক্ত ঙাইব লৌমীশিংগী লৈবাক ওইবনিন মুংঙাই য়াইফ কাংবুগী পংখল খনবনদি থোইন কান্নব ফংদে। ঐখোইন হৌজিক য়াম্ন পাম্মীব হাইববু লন্নাইগী ফিভম যগৎপ অসিনি। ভারতকী খুঙ্গং খুদিংন সহরগী ইরাং চেন্দ্রিব অদুকী মখৈদি অচৌব সহর খর উরগ ভারত চাউখৎলে হাইব য়ারোই। উফুল থাংলব, লৈখোম থোক্লব লন্নাইগী লম্বীশিং অসিন শিৎ নাল্লব মতম অদুদ ভারত চাউখৎলে হাইগদবনি।

মরম অসি থাদোকঅম্মে হাইরগ হৌজিক তুম্ব অমদি পোখ্বাবগী মরমদ খজিক্তং নৈনশি। মপুম থিৎন নোম্ব, চাথুং ফিথুংদব, ভারতকী লৌমীনি। সরকারগী থবক তৌব কাংবুন নোংমদ পুং তরুক ফমদুন লৈরগ তলব চারবনি হাইদুন মুংঙাইন লৈ। অদুগ মখুৎন থবক শুব লিশিং লিশিংন নোং ঙান্দ্রিঙৈদগী মুমিৎ তারব ফাওব লবুক্ত অমদি থবকী মঙ্গমদ নোমদুন লৈরুরগ ময়ুমদ হল্লকপ মতমদ চরা হেন্দুন তুম্মি। মসি করিদগীনো? থবক শুবশিংগী মমল নিংথিন পিবিদে। অম্নম তৌরবদি থবক শুব মী অমত্ত মতিক চাররোই। থবক শুব মীন মতিক চাদ্রবদ থবক নিংথিন তৌব হৌনদ্রে।

য়ামদ্রবদ ঐখোইনা খনগদবদি ন্নান শুব, মুংঙাইন পোখ্বাব, হাওন চাব অসিতনি। শুবদ ন্নারুব অদু চাব অমদি পোখ্বাবদ তেকখৎকদবনি। য়ামদ্রবদ মী অমন নোংমদ পুং ৭ তগী তাদন তুমগদবনি। নল্লবদি মহাক অদু মশাগী মপুন্সি ন্নাৎকনি। অদুগ

থবক অকনব শুব মীদি পুং ১ গী মন্থুংদ মিনিট মঙা মঙাদি পোখা-গদবনি তুম্ব, চাব অমদি পোখাব নত্রবদ মী ওইব হৌনদ্রে।

ফিরোন শেৎপ অসিম্ন য়াম্ন মরু ওইব ৱাফম অমনি। মসিন হকচাংদ অমোৎপ পকহন্দে। মুংশা মঙাম্ন উনশা চাকথেকপ ঙমদে। অইং অশা ঙাকথোকপ ঙম্মি। কালেন থাদ অঙৌব ফি শেৎকদবনি। য়ারবদি লশিং, মুগাগী অপাব ফি শিজিন্নগদবনি। নিংথমথাদ শামতুগী ফি মচু মরাং শিজিন্নব ফৈ। হকচাংদগী থোরকপ হুমাং অহু শিজিন্নরিব ফি অহুন নপথোকই। তুখোং ফুলহন্দে। য়াম্ন ইংব অমদি য়াম্ন শাবদগী ঙাকথোক্কুন হকচাং অসি চাং অমদ থম্মি। শিজিন্নরিব ফি-রোল অসি তোইন তোইন শুধা শাপন্ন শুদোকদবনি। নত্রবদি উনশাগী লাইনা কয়ামুকস্থ পোক্লকপ য়াই।

# মীরোনব অমস্থং অঙাং পোকপ

মুপীগীদি অঙাং পোকপ হাইবশি অচৌব লাংফম অমনি। ভারত-তদি অঙাং পোকপদ মরাইবক থিরবী মুপী কয়াগী মথাই মাংনরিবনি। মরমদি ডাক্তর মতিক চান ফংদে, কৈরোই লৈকাইন অহৈব মাইয়োক্লবী, মাইবী মতিক চান লৈতবদগীনি। অহুগীস্থ মথক্ত ঐখোইগী মুপীশিংন চিঙ্গাক মশক খংদব অমস্থং চাগদব চিঙ্গাক ৱাৎপদগীস্থ অঙাং পোকপগী পাঙ্গল ৱাৎলি।

মুপীন মীরোল্লিঙৈদ থবক অকনব শুব ফঙে। কর্য়া ৱাদব থবক মচা মশুদি ঙাইহাক লৈতন নোম্ব ফৈ। থবক অকনব

শুরবদি মচা লাইয়ৈ চৎখিব য়াই। নত্রগ করিগুম্ব মতমদ মী-রোল্লব্র হাইন চিংনরুরগ মমৈথংদ কৈস্থ ইতৌ তৌদবগুম তৌই। লাইয়ৈ চৎপগী মরম অসি য়াম্মী। মরু ওইনদি লাইনা মখল খরন তৌবনি। অঙাং লৈফম মন্নুংদ নাই হাইব খংদন হাইরিব লাইনাশিং অসি পকই। মহুন মরম ওইহুন অঙাং লাইয়ৈ চৎলি-বনি। অহুন য়ারিবমখৈ মুপী মুপাগী লমচৎ অসি ফজনব হোৎ-নগদবনি। লমচৎ ফজদব মীশিংদি লাইনা অসি য়াম্ন পকল্লি।

মীরোল্লিভৈ মতমদ অন্নাব থবক শুরোইদবনি। চিঞ্জাক শুন চাগদবনি। মরু ওইন মচিগী শরুক্ত ভিটামিন ঈ, বি, চাব ফৈ। অহুগ থুমগী শরুক্ত কেলশিয়ম চাব য়াম্ন ফৈ। মীরোনবী মুপীশিংন চিংলৈবাক চানিংঙকইব, ঙান্থক চানিংঙকইব অসি মরম অতৈ নত্তে। কেলসিয়ম ন্নাৎপদগীনি। মসি ন্নাৎলবদি মচা পোকপস্থ ঙমদে। শলশিংন করিগুম্বদ লৈবাক চারিব অহুস্থ হাইরিব চিঞ্জাক অসি ন্নাৎপদগীনি। অহুন মীরোনবী মুপীশিংন শঙ্গোম্নচিংব চাব অসি ফত্তব নত্তে। অহুগ হৈনচিংব অশিনব পোৎ চাবদি ফত্তে। মীরোললিবী মুপীদ চিঞ্জাক ন্নাংহনব ফত্তে। মবুক থম্ন থম্ন মান চানিংব খন্দুন পিজগদবনি।

মতম অহুদ মবুক্লিং মুংঙাইতব ন্নাস্থ হাইবীব ফত্তে। মঙোন্দ পুক্লিং থুক লাওব ন্না খক হাইরোইদবনি। শাউহনব, ন্নাহনব ফত্তে। লুন নাম্ন, মফি মরোল অহনব শেত্তুন থন্নাই মুংঙাইন লৈহনগ-দবনি। তুম্বস্থ মরাং কাইন তুমহনগদবনি। তুমশিং ফাদন হোৌগৎপ ফত্তে। অহানব মীরোনব হৌগৎলকপদদি থবক ইশু শুহন্দবন

হেন্ন ফৈ। অদুগ থা তরেৎ নিপাল শুরক্লবদি ইমুংগী থবক মচা মশু য়াম্ন নোমহনগদবনি। ম্নাই তৈব, কোন ফেংব, ম্নাই শিংপ, মেজ, চৌকি তৈথোক নাম্থোকপ য়াম্ন তৌহনগদবনি। মদুন অঙাং পোকপ মতমদ ম্নাদে। মীরোনবী মুপীবু লম লাপ্প চৎহনব অসিদি য়াম্ন অচৌব মরান্নি।

থা শুরকঅব মতমদদি মশা খজিক্কুং ঙমদেদ হাইবদ মাইবী কৌগদবনি। মীরোললিঙৈ মন্নুংদস্থু নাদ য়েক্কনব টিকা থাব য়াই, হিদাক কাপ্প য়াই। মতম অসিদ নাখ্রবদি য়াম্ন খুদোং চারোই। অঙাং পোকপদ চিংনব হাইবশিমস্থু ঐখোইগী লৈবাক অসিদ তোইন থোক্লিব থোদোক্লি। অদুন মতম চান ডাক্তর, মাইব কৌহৌগদবনি। নত্রবদি লুপা খর তিংব পাম্মুবদগী মুপী কয়ান মচা পোকপদ মপুন্সি মাংনরিব। অস্তুম্ন মতম চান্দন শিব মীশিং অসিন য়াম্মনখ্রতন ভারত্ত হিংবগী চাং অসি য়াম্ন ময়েং তাই। অদুন য়াম্ন চেকশিন্ন হোৎনদুন অহিং খংদে, মুংথিল খংদে মশা খজিক্কুং মুংঙাইতবগ অঙম্ব মতেং থিহৌগদবনি। হৌজিক্কী মতমদদি অঙাং পোকফম শাদুন সরকারন থম্বিরবনিন থা শুরকপদ মদুদ পুখত্তুন থম্ব য়ারে। মদু তৌনিংদ্রবস্থু চিংনরবদি শোইদন পুখৎপন ফৈ।

মচা পোক্লব মুপী অদু চিঙ্গাক অহাঙব, মচি ওইগদব নোই-গদব খন্দুন পিজগদবনি। অঙাং হেক পোকপগ শঙ্গোম সের মথাই অম পিথক্কদবনি। ঐখোইগী লমগী মীশিংন মসিদি ফত্তে, চাকমাংগনি হাইদুন খল্লি। মদু অরানবনি। মচা পোকপ হাই-বশিদি অদুক্কী মতিক অফব চিঙ্গাক খন্দুন পিজগদবনি। মীতৈ-

শিংদি মচা পোকপ অসি অনাবগ চপ মান্নৈ। মতম কুইন শোন্দুন লৈ। মহু করিগীনো হাইববু চিঞ্জাক য়াৎপদগীনি। চুম্মি অঙাং পোকপ মতুং থা, অনিবুদি পোথাহুন লৈবন ফৈ। অঙাং পোক্লব মতুংদ অঙাং লৈফম অদু ফিভম কাইন লৈ। মহু হুঞ্জিন-দ্রিব ফাওবদি থবক শিজিন্নব ফত্তে। মুপাগ তিম্নবসু ফত্তে। শম্ম হাইরবদ থাগী মতম অমুক লাক্ক্রিব ফাওব নত্তব য়াখল থাদোক্কদবনি।

মীতৈগী হৌনবী মতুং ইন্ন মৈনিং কুম্ব হাইহুন মঙানি তরানি পোথাহুন লৈব অসিসু ফত্তব নত্তে। মতম অসিদি করিসু তৌদন লৈগদবনি। অদুগ হকচাং ঙমদব খজিক্কং লৈবগ ডাক্তর তানগদবনি। মতম অসিদ নাবদি ফত্তে। ঐখোইগী অচৌব মরাল অমন অঙাং পোকঅগ মাংঙি হাইহুন লৈবাক্ক হিপহনব অমঃ চৎজব য়াওই। মাংঙবসু শেংঙবসু লৈবাক্ক হিপহনব ফত্তে। য়ুম শেংক্রি-ফাওব মুমিং তরানিথোইনি লৈবাক অইংবদ হিপহনব অসি য়াক্লি-বমখৈ শুপতৌ তৌহল্লোইদবনি। য়াম্ন মুংঙাইন মোম্পাক কাং-থোল মথক্ত তুমহনগদবনি। খন্দন অমুক্ত য়েংবিয়ু অকনব মীমক ফাওব লৈবাক্ক হিপকসু, নানি হাইনরিবনি। অদুগ করিগী মশা ফত্রবী মচা পোকপিবু লৈবাক্ক হিপহনগদৌরিবনো ? মচা পোকপদ, মৈনিং কুম্মিঙৈদ অমদি মীরোল্লিঙৈদ নাবনচিংব কয়া থোকপ য়াই। মহুদি শম্ন ডাক্তর তানৌ হাইন হেক্ত হাইজরগে। মফম অসিদ মহু শন্দোক্ল ইজররোই। হৌজিক অঙাং য়োকপগী মরমদ থন্ন অমুক নৈনশি।

# অঙাং য়োকপ

ঐখোইগী লৈবাক্তী মী অয়াম্বদি চহি মপুং ফাত্রিঔদ শিবন অয়াম্বনি। মপুন্সি লোইরগ চহি মরিফু শুরগ শিবদি লৈকাই অমদ য়াম্ন তাংন থোক্লে। মসি করিদগীনো ? চায়োক নাওয়োক হৈতবদগীনি। চহি তরামঙাগী মখাদ শিব মীন চহি তরামঙাগী মথক্ত শিব মীদগী মশিং য়াম্ব হেল্লমগনি। মচিঞ্জাক নিংথিন পিজবিদব নিংথিন লাইয়েংবিদবদগী শোইব ঙাক্তনি।

পোকপদ ঙাইরিব অঙাং অসি মমাগী মখোম্ন য়োক্কের নত্রগ শঙ্গোম্ন য়োক্কের অম তৌব য়াই। ঐখোইগী লমশিংদদি মমাগী মখোম্ন য়োকপন য়াম্মী। অহুগ ইহান হানব পোকপ মুমিত্ত খোমইনবী হাইহুন অমস্মু চংঙি। মহাক অহু মশা ফব, লাইনা চেন্দব মী অম ওইহনগদবনি। নত্রবদি পোকপদ ঙাইরিব অঙাং অহু লাইনা পকথিব য়াই।

মমান ইনব য়ারব মতমদদি মতম নাইন ইনগদবনি। ঙাইহাক লৈতন চুপ্তনত লৈহনব অহু ফত্তে। পুং অহুম অহুম লৈরগ অমুক অমুক ইনবিব ফৈ। পোকপদ ঙাইরিব অঙাং অসি য়াম্ন তুমহনগদবনি। নোংমদ পুং ২৪ ফাওব তুমহনব য়াই। তুমব অহুদ মখোইগী মশা শাগৎলি। মতম নাইন ঈশিং লুপ্পু লুপ্পু শাবন ইরুজবীগদবনি। মমাগ লোইনন লৈবাক অইংবদ তুমহনব অহু তৌহন্দব কাওরোইদবনি। অঙাংগী নিংথা অহু শেংন শেংন শাপল অঙাংবন শুদোক্কদবনি। অমোৎপ নিংথান কোন্দুন অঙাং অহু কৈদৌঙৈদম্ন থম্মোইদবনি।

অঙাং অসি করিগুম্ব শঙ্গোম্ম য়োকপ তারবদি অমুক্ক হেন্ন চেকশিনব তাই। হৌজিক্কী মতমদদি গ্রেক্ষোগী অশেম্ব শঙ্গোম অসিস্থ চৎনরকএ। কনাগুম্বন শঙ্গোম অনংবন য়োকই। কনান শলগী মখোম্ম য়োকই। শলগী মখোম্ম য়োকপবুদি হমেংগীন কৈ। মরমদি শলগী মখোমদি মহাও য়াম্ম য়াওই। শঙ্গোম্ম য়োকপদ খাইদগী লুব অমন শঙ্গোম অসি ঙৌথোক্তবস্থ লাইনা য়াম্ম পকল্লি। ঙৌথোকঅবস্থ য়াম্ম কান্নব পোৎশক খরদি মাংঙি। মরু ওইন মচিগী শরুক ভিটামিন সি হাইব চাব তুম্নব, ঈ শেংদোক্লবগী শরুক অদু মাংঙি। শঙ্গোম'দ লাইনা অস্থুক্কী মতিক চেনগল্লি। মতুদি মতা চাত্রবদি লোক্কী হিদাক ওইনরিব চিঞ্জাক অসিন লোক্কী লাইনা পোকহল্লি। মতুগী প্রমান্দি শঙ্গোম অনৌব অসি মুংশা মঙান্দ মখুম য়াওদন ঙাইহাক্তং থম্বদ বিন্ধা ওল্লি। শঙ্গোম্ম লুম্বু লুম্বু শাব অদুদ মহিক ময়াম অদু থুন য়ামখৎলক্তুন মতুম তাশিল-লকপনি। অদুন শঙ্গোম বিন্ধা ওনব চাব ফত্তে হাইরিবনি।

অদু ওইরবদি শঙ্গোম অসি করম্ম পিজব তারে। পাচ্চরগী মতুং ইন্ন শঙ্গোম অসি মৈদ অমুক্তং শৌহনব তারে। অদুনগী মখুম চেৎন খুমজিন্দুন ইংত্রিব ফাওব থম্বা তারে। অঙাংদ পিথক্কে হাইব মতমদ ইশিং খর য়াল্লগ চিনি খজিক্তং হাপ্পগ পিথকপ তারে। হমেং মখোম ওইরবদি ঈশিং য়াম্রবস্থ য়াগনি।

পিথকপ মতমদ খোমচুপ অহুন হাদনব নিংথিন শেম্নবিগদবনি। শঙ্গোম থকপ মতমদ হারবদি য়াম্ম খুদোং চাদে। মতুদগী নাকোং লাইখুল তৌখিবস্থ য়াওই। অদুগ করিগুম্বদ শিব ফাওব য়াওব

য়াই। পিথকপ মতমদি মথক্ক হাইখ্রিব অত্তুম হাইন পুং অহুম লৈরগ পিথক্কদবনি। মযুক থল্লব ফাওবদ হেন্ন পিথকপদি অশিংবগী থবক নত্তে। থকপ লোইরগ খোমচুপ অত্তু শেংন শেংন চাগ-খোক্লুন থমগদবনি। নত্রবদি তমথিব লাইনা কয়াস্থু মত্তুদগী পোক্লকনি। খোমচুপ শিজিন্নরবদি ক্রুজ অম লৈত্তুন থমগদবনি। শেংলোকপ মতমদ মঙ্গ শিজিন্নগদবনি। অত্তু নত্তন গ্রেক্সো শিজিন্নব তায়বস্থু মখোইন ইত্তুন তাক্লিব চাং অত্তু কাইদন পিথক্কদবনি।

অঙাং অসি চাওখংলকপ মতুং ইন্ন তুম্বগী চাং হস্থরক্কনি। শান্নবগী চাংন হেনগৎলক্কনি। অত্তুগ চাবগী মতমস্থু লনব য়াগনি। অহানবদ পুং অহুমদ পিথক্লস্থ অত্তু খর লৈরগ হাইবদি থা অহুম ফারবদি পুং মরিদ পিথকপ য়াগনি। অত্তুদগী পুং মঙাদ, তরুক্ক—নোংমদ অহুমক পিথক্লগ য়াব মতম লাক্কনি। থকপগী মশিংদি তারবস্থু য়াম্ন থকপদি হেনগনি।

ঐখোইগী চৎনবী মতুং ইন্ন চউস্ব হাইত্তুন থা তরুক শুরবদি চাক পিজনৈ। অত্তবু য়ারবদি চহি ফারগ পিজবস্থু ফৈ। অহান-বদদি চাক য়াম্ন পেৎন থোংবিত্তুন খজিক খজিক্ক পিজগদবনি। মমৈথংদ খর খর হৈনরকপ মতুংইন্ন মরাইন য়ামখৎচংক্কনি। চাক চাব হৈরবদি নাংল্লি। অত্তুন য়াম্ন চেকশিনব ফৈ। চাক কা হেন্ন পিক্তরোইদবনি। অচোই অপা অউ অউব পংপি পিজব কস্তে। চাক চারে হাইত্তুনস্থু অঙাংবু শঙ্গোম পিথকপদি লেপ্লোই-রবনি। ভুমিং খুদিঙ্গি অয়ুক্ত শঙ্গোম পরা অমদি শাইদন পিথক্ক-অবনি। মরু ওইন অঙাংগীদমক্তি শঙ্গোমমুক কব চিঙ্গাক্তি অনি

শুল্লবনি। মসিন মশা থুন চাউখৎহল্লি, মোই পেলহল্লি। অদুগীসু মথক্ত শঙ্গোমদ অনাব ঙাকথোক্লব পাঙ্গল য়াওরি। কেলসিয়ম, ভিটামিন এ বি হাইরিবশি অনাব ঙাকথোকই। ভিটামিন এ য়াৎলবদি য়েংখুমিৎ থুংঙি। মুমদাং মমিৎ উদে। অদুগ কেল-সিয়ম য়াৎলবদি শরু শোনবগী লাইনাসু ভৌরকপ য়াই। অদুন ভৌরকইব অঙাংশিংবু শঙ্গোম মরাং কাইন পিজগদবনি।

অঙাংদ চোং ফন্দুন শান্নহনবশিসু য়াম্ন কৈ। য়ারবদি মুমিৎ থুদিংগী অয়ুক অমসুং মুমদাংয়াইরমদ ঙাইহাক ঙাইহাক চথোকপ পুবিগদবনি। খোরি হাইবী শান্নব, চেনব চোংব, শাক্ল ফানব অসি অঙাংশিংগী ফরুব শাজেল্লি। চাব, তুম্ব, শান্নব হাইবসি অঙাংগী মথৌনি। মসিমক মখোইগী য়াম্ন অফব শাজেন্নি।

অঙাংদ শিল্ক-নচিংব মিৎ থকপ, অপাব ফি শিজিন্নহনবসু ফজে। লশিংগী ফি শিজিন্নহনগদবনি। ফি অসু য়ারবদি মোংলি হাইব থংননবা অঙৌব ঙাক্ত শিজিন্নহনগদবনি। মচু মরাংশী ফি পুংশি শিজিন্নহন্দব কৈ। অঙাংদ য়াম্ন অকি অখংগী খোঙ্গেল তাহল্লোইদবনি। অয়াম্ব মতমদ থেমজুন নৌন্থুন ঙাক্ত শিজিন্নগদবনি।

মরোল্ল থোক্লব চহি অহুম শুরবদি লাইরিক তমহনব য়ারে। লাইরিক তম্ব অসিসু ময়েক চৎনব ওইন তৌরদুন অঙাংদ হৈরিংব ইপোক পোক্কে। মদু পোক্লনব লাই তীল্ল য়েকপ লাইরিক তম্বী-গদবনি।

করিগুম্ব মতমদ কনাগুম্ব মীশিংন অঙাং য়োকফম অমসুং কিন্দরগার্টেন লৈব মফমদদি মদুদ থাজিনবসু কৈ। অদুবু ঐখোইগী

লৈবাকশিদদি মতুগী য়াখল থোইন লৈনত্রবনিন মতু তোক্লশি। মতম অতুদ অঙাং অতুগীদমক্ত ইনশিওর তৌবিব য়ারে। করম্ব লম্বীদ চৎহংঙ্লিংব, করম্ব শিনফম পাইহল্লিংব শিনব য়ারে। মান চৎকদব লম্বী অতু মশক থংন ময়েক শেংন য়াত্তুন থম্বীগদবনি।

অঙাং অসি লাইরিক তম্ব লোইদ্রিব ফাওব মুপী থিবগী য়াখল তৌহল্লোইদবনি। লাইরিক তম্ব লোইরব ফাওবদ চহি কুনমঙাদগী তারবদি থিহল্লোইদবনি। মতম চান লুহোং খোংদোং তৌবিরগ ইচা ইমৌ অনিগী মপাল চাতুন লৈব অতুবু মুংঙাইব ইমুং অম ওইব য়ারোইদ্রনে? মতম অদুদ ইংখোল শংবন্দ হৈ-লৈ থাতুন, য়েঙ্গাংনাপী ঈশিং চাইতুন মচা মশুবু য়ারক য়াতেমতুন লৈগদবনি। মতম অতুদদি লৈবাক্তী থবক্ত থয়াই হকচাং কখোল্লবসু য়ারে। মীওইবগী সেবাগী লম্বীদ চংলগদবনি।

অহল ওইরকঅব মতম অতুদ সমাজগী অমোৎপ কয়া শেং-দোক্তুন মচা মমোগী মুংঙাইনব য়েংতুন পুক্লিং পেন্ন লেল্লগদবনি। মতম অদুদ করি তৌগনি? ঐখোইগী লৈবাক্ত মতম চাদন মীশিং তংখাই হেন্ন শিরিব, লাইনা অচৌব অমুক অমুক লাকপদ মশিং লাকওমত্রব মীন মরূপ মপাং থাদোক্লম্মীব অসিগী অয়াব কোক্লব হোৎনব তারে। মতুগীদমক্ত ডাক্তর কৌথতুন খুঙ্গং লৈকাইগী অনাব থিংনব হিদাক কাপহনব তারে। ঈশিং চাফম ফত্তব, লম্বী থোং পুম্নমক অসিদ পুক্লিং থিংজিন্দুন চাউথৎনব হোৎনব তারে।

মহৈগী থোংদ য়েংঙ্রগ স্কুল মতিক চাত্রিব; উফুল মরক্ত ছাত্র মথাম্ন ওল্লিব পুম্নমক অসি কোক্লব নশামক্ল য়াইশিং লম-

শেংহ্নন উফুল থাংদনব ফমফম মুংঙাইনব অঙাংশিংন স্কুল কানিংব হেন্নব থবক কয়া পাইখৎপ য়াই।

হৌজিক্কী মতমদদি অঙাং শেমগৎনব মফম কয়াম্বু শেম্বীরে। লেম্ন শঙ্গোম য়েল্লিব, নাদনব হিংদাক কাপ্লিব—ঐখোইদি কৈদোরে ? পৃথিবীগী চাউখৎপগী লমজেল অসি ঐখোইস্মু য়াওরম্মুশি হাইব্র ? লৈখোম লৈনাং তৈহ্নন লবুক্ত পুন্সি লোম্মশি হাইব্র ? মীগী লৈবাক্তদি লৌউব লৈতব্র ? মখোইন মতৌ করম্ন উহ্নন মুংঙাইন, লৈখোম তৈদন লৈব য়ারিব ? অহুগ ঐখোইন ঙাইহাক্ত লৈখোম তৈথোক-নবগী মতম শংদ্রিব করিগীনো ? ঐখোই লম্বী ওন্নরে। অফব হাইবহ্ন মশক থংদ্রে। ঐখোই চাউখৎলশি, মুংঙাইরশি।

---